# নোংমাখোলগী মায়কৈদগী

অঙৈবসীংনা থম্মোঙৈ ঈহৌ ঈচেলবু থম্মোঙৈন্নুংদা লোৎসীন্দুনা থমনীংদে। চেদা ময়েক ওঙৈনা তারবসীংদুসু তাবুন্নুংদা লীসীন্দুনা থম্নীংদে। সাহিত্যগী পোৎথোক্তী অরীকপা ঈনাকখুনবগী লুপা পৈসা নত্তে। মীরক্তা লৈরগা, মীমাংদা উৎচরগা সাহীত্যদী ন্নুংঙাঙৈজবনী। নোংমাখোলসু অঙৈবসীংগী থম্মোঙৈ ঈহৌদু মীয়ামদা পাউদমজনীংবদগী লুপসীগা খুৎশন্নরীবা, লুপসীবু নুংসীবীবা অঙৈবসীংবু তেংবাংজবা ওঙৈনা লুপসীনা লমদমসীগী সাহীত্যগী থৌগল অমা ওঙৈরকখৈদগী চাং নাঙৈনা লাঙৈরীক কয়া পুথোকরক্রী। হন্দকসু ওজা শশীকুমারগী "**ব্রাকচীংগী নোং**" হায়বা লীলাগী লাঙৈরীকসী নোংমাখোলগী তরানীপাল শুবা খুদোল ওঙৈনা পুথোকচরী। মীচমগা তোয়না হকথেংনবা ঙম্বা অদুগা মীয়াম্নসু ঈরাঙৈ লায়না পাউজেন্দু লৌবা ঙম্বা পাম্বে অমা ওঙৈরীবা মুমাং লীলানী। অসীগুম্বা লীলাগী খুৎঈসী মীয়ামদা লাঙৈরীক ওঙৈনা খুদোলজনীংবদগী লুপসীনা লাঙৈরীকসী পুথোকচবনী। লাঙৈরীকসীনা অপাবসীংদা অনদী খ্বাঙৈ মীয়ামদা করীগুম্বা মথলগী কান্নবা থরা পীবা ঙমগনী হায়বগী থাজবসু লুপসীনা থমজরী। লাঙৈরীকসী খুংনাঙৈসীগী সাহীত্যবু পামজবা মীয়ামদা সীন্নজরী।

খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম
জেঃ সেক্রেঃ নোংমাখোল

# অহৈবগী ৱাফম খৱদং

মীওইবনা শেম্বদা থোক্কবা লৈতে, পুন্নমক শেমখিবা ঙাক্কনি। মনা ফংনখিবা খুদিংমক্তা মহেল্লে হায়বস্থু হায়মনবা থোক্কনি। হৌজিক্কী মীয়াম্না ইখং-খংনরবনি। পাস তৌরবা খুদিংমক অহৈবা ওইনা লৌবস্থু অরানবা ওইনি। হৌজিক্কী মতমসিদদি, অদুবু পুন্নমক নিয়ম অমগী মখাদা খঙনা উনরবা ঙাক্কনি। নিয়মস্থু মতম মতমগী য়াম্নবা শেমদোক শাদোকপা য়াওদবস্থু নত্তে। মমিংতগী ওইনা লৈরক্লি, মতমসিদা; খঙ-হৈরবা মীয়াম মমাংদা নোক্কবীনবা করেম্নবীনবা কয়াদি খুরক হাংদ্রবা মতম্নি, অসিগুম্বা তাপ্তাসিদা লাইরিক পুথোকপা হায়বসিস্থু পামজরুবা, খঙজদবা ঐখোয়দি ইকাইজদবস্থু ঙমজদে। উরু তারুবা, খঙলুবা, থেংনরুবা থম্মোইগী চম্নবা কয়াদু চন্না ফোঙদোকচবনি। মীনা তৌরিমখৈ পামলুবগী ৱাদি নত্তে। লীলা ড্রামা হায়বসি ভাবোক মমাংদা পুথোক্কবা অয়াম্বনা ইবনি। মদুমক নত্রবদি থব'য় য়াওদবগুম খল্লী।

১৯৮৪ গী অঙনবা মতমদা ইজখিবনি। ১৯৯৪ দা **"পাম্তোইবী সঙ্গীত মণ্ডল"** না মনিপুর পুম্বগী ঈশৈ লীলা অথোই-অহেন চাংদম্নবদা লৈবাক মীয়াম মমাংদা শান্নবীগ্রে। মনিপুরগী মীয়াম্না শক খঙবীখ্রবা লীলানি। লীলা কাংবুনা, অইবা ওইনা ফোঙহনিংবগী অকনবা শাফু মরক্তা নোহাখোলগী লাইরিক ফোঙবা মরুপকী মতেংদগী পুথোক-চবনি। কুনগুবা চহি-চাগী ওল্লকইবা খোংচৎসিগী মনুংদা মরুপ অনিগী চেংলবা নুংশি-চান্নবা শক্তম খরদা, অতোনবা লাইরবা খুন্নাইসিদা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবগী মহাও, বদনামনা কুপশিল্লবা মতমদা মীওইবা মশেল থাজনরক্কবা মরক্তা থাজনদনা লৈরম্বা থম্মোই অনিগী নুংগী শকলোল ৱাকচাং থাদা চুবা নোংগুম, ওইরখিবা শক্তমদু পুথোকচবনি।

লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীখিবশিংগী মন্নুংদা মথুমগী লাই য়েকপীরকখিবা বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, প্রুপকী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা কে. শমরজিৎ, টি. নিংথৌরেন, ইনাও রাধে-শ্যামবুস্থু কাওজরোই। পুন্নমকসিগী মথক্তা মতমচানা পুথোক্লবা হোৎ-নবদা তেংবাং কয়া পীবীরকখিবা প্রেসকী ইচিন-ইনাওশিংবুস্থু তৌবীমল খঙবা ফোংদোকচরি।

শশীকুমার

তাং ২৪-৯-৯৭ ইং

য়ুরেম্বম।

# রাকচীংগী নোং

## অচংবা মীশিং

### নুপাগী শক্তমদা ঃ

১। কমল : ইনাকখুনবা অহল অমা
২। শ্যাম : অচুম্বা পামজবা নহা অমা
৩। রামশিং : কমলগী মচান্নুপা অচুম্বা পাম্বা নহা অমা
৪। বীতুর : মতমসিগী গুণ্ডা নহা অমা
৫। কুমার : পুলিস ইন্সপেক্তর মতমগী নহা
৬। তোম্বা : থুঙ্গংগী লাইরিক হৈতবা নহা অমা
৭। কদরখান : পাণ্ডন, কারবার তৌবা অহন অমা
৮। কুবের : মীতৈ " " " "

### নুপীগী শক্তমদা ঃ

১। বীনা : কমলগী মচানুপী লাইরিক হৈবী অমা
২। শান্তি : শ্যামগী মচননুপী অমা

---

লীলা/ড্রামা শান্নবীনিংবশিংনা অইবগী অয়াবা লৌবায়ু।

# ১৯৯৪দা শক্তম লাংখিবশিং ঃ

## নুপাগী শক্তমদা ঃ—

১। কমল ঃ এ, চন্দ্রহাস সিংহ
২। কুবের ঃ শা, ইবোচৌবা সিংহ
৩। রামসিং ঃ ব্রোজেন পাথৌ
৪। শ্যাম ঃ ঙ', মুনিন্দ মীতৈ
৫। বীতুর ঃ য়ু, হেমন্ত মীতৈ
৬। তোম্বা ঃ শা, ইবোচৌবা সিংহ
৭। কুমার ঃ লাই, ইবোচৌবা সিংহ
৮। কদরখান ঃ এ, চন্দ্রহাস সিংহ

## নুপীগী শক্তমদা ঃ—

১। বীনা ঃ দ্বিজমনি শর্ম্মা
২। শান্তি ঃ রাই, খম্বা মীতৈ

## ঈশৈ নোংমাইদা ঃ—

১। নুপা খোঞ্জেল — গান্ধী খাইদেম
২। নুপী " — শ্যাম খুমন
৩। তবলা, পুং — ওই, জিটেন
৪। গীটর — অরুবা

ঈশৈ ময়েক — শশীকুমার য়ুরেম্বম
লীলা তম্বীবা — বীরজীৎ ঙাঙোম্বা
লীলা পুথোকখিবা — পান্থোইবী সঙ্গীত মণ্ডল, য়ুরেম্বম।

# অহানবা উৎপা

**মফম ঃ শ্যামগী য়ুম** **মতম ঃ য়াচংবা**

[ শান্তি য়ুমগী মপান্দগী ফিরোল লৌশিল্লুবগী থুপ্পা থুপ্পা চংলকই। মতাং-সিদা থংনবা য়ুমগী মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু কৌবগী খোন্থাং তারকই ]

মমা ঃ হৈ ইবেম্মা ! কৈদৌরিবগে নখোয়বু, নিংথমথানি হায়বা খঙদ্রা ? য়েনখাদা ফৌরিবা ফিরোলকাসি প্রেপ প্রেপ লৌশিল্লু নুমিৎ তাখ্রবদি ইংশিল্লক্রনি।

মপা ঃ হায় ! নুপীমচা ! নমানা হায়রিবসি তারব্রা ? ফিশিংহু লৌশিল্লু। ইপাগী শঙ্গোম য়াওদবা চা গ্লাস অমা হাওনা লেপ্লকউ তারব্রা ?

মচানুপী ঃ তারে, তারে ! ওন্থোক্লসু তনখ্রে, এথোয় বাজিসিমা। নুমিৎচুপ্পগী ভাংবসিনা—

[ মতাংসিদা শান্তি য়ুমলেপ্লবা মপা-মমাগী ভাংনরিবশিং তারুবদগী য়াম্না পুক্কিং নুংশিবা ফাওরকই ]

শান্তি ঃ ( তপ্পা ) ইমা ! বাবা ! নচাগী পুন্সিদদি কনাদসু অমুক হন্না কৌজবা ফংলরোইদকো ( হিক হিক কপ্পা )

ঈশৈ ঃ—

কনাদা ইমা কৌরুনি,
কনাদা বাবা হায়রুনি,
ইমা নংবু লাকখোনে,
বাবা নংবু হল্লকখোনে।
( হিক-হিক কপই )

মমা ওইবী কয়ানা
মচা ওইবী কয়াবু
মাংদা থানা পুরিবা
খুৎশম্না চৎলিবা
করন্না য়েংউ হায়বগেনে।
নচাদি লমজা ওইহৌরে,
পুন্সি মৈশা লাংহৌরে
কৈদনো চৎলিবা নখোয়না
ইমা নংবু লাকখোনে
বাবা নংবু হল্লকখোনে
নমোমবু মাংদা পুরখোনে
পুন্সি লম্বী তাক্লখোনে।।
ইমা......বাবা...... ।

[ হিক হিক কপই মীৎকী পীরাংদো লোন্না তৈথোকই ঈশৈগী মরক্তা রামসিং চংলকই। অদুবু লোন্না তাদুনা লৈ, মাসু মীৎতগী পীরাং শিন্থে কপই মতোমতা পীরাং তৈথোকচে শান্তি ঈশৈ শকপা লোই-রদুনা ফিরোলশিং পুশিন্দুনা ইমুং চংখি ]

রাম : ( চংলকই ) ইবেম্মা শান্তি শান্তি।

শান্তি : ( হুরাওনা পীরাং তৈথোক তৈথোক্লা চেন্থোরকই ) করি হায়বগে তামো ।

রাম : করিগীনো ? নথবাই অদুক নুংঙাইতনা উববু কনা করি ঈচনদা হায়বগে ? নখোয় তামোচানা ঈচন্দা ঙাংব্রা ?

শান্তি : ঙাংদেদা তামো !

রাম : মাদি কদাই লৈ,

শান্তি : হৌজিক ফাওবা তুকান্দগী হল্লকত্রি, ঙসিগীদি চাকসু চাখিত্রি কৈদোবা য়াওরবনো ?

রাম : ( ৱাখল খন্থরগা ) অদুদি কদাইদা চংগ্রবজাংনো ? তুকান-দগীসু হনগ্রে তমলকই,

## ৱাকচীংগী নোং—৩

শান্তি : অতু তুকান্দা বাবাচৌদি লৈহৌব্রা ? অমুক কদোমদা চৎখ্রবা জাৎনো ?

রাম : বাবাচৌ তুকান্দা লৈহৌই। (য়াম্না উন্ননিংবগী মওংদা) কদোমদা অমুক করি থবক লৈতুনা চৎখ্রবজাৎনো ? ঐখোয়-রোমদা অমুক চৎখ্রবজাৎলা ? অস ! ঐগী পোৎশিংতু ফংগদবা মান্দরে। শান্তি, ঈশিং গ্লাস অমতা প্রপ-প্রপ পুথোরকউ। ঐ মাবু থিরুখিগে, হৌজিকপু অমুক (শান্তি ইমুংদা চংখি) ঐবু কদায়দনো মাবু থিরুখিগদৌরিবা ? ঐগা অতুক লুনা-লুনা ঙাংনখ্রিবনি, মাদি শোইগনদবনি। পুন্নমক অরেম্না তারে, শান্তি। ঈশিং গ্লাস অমথক কনববু কুই-খ্রেদ। (মঙাংসিদা শান্তি ঈশিং গ্লাস অমা পুথোকুনা পী)

শান্তি : করিগীনো ? তামো য়াম্না ইফিং ফিংনা ঐখোয় তামোচাবু থিরীব্বু ?

রাম : (ঈশিং থক্না থক্না ঈশিং হাতুনা কামথোরকই) করি নথৌ লৈ, ঐখোয় অনি থিনজববু ঈশিং গ্লাস অমা থকপসি থকফম খঙদে।

শান্তি : (নেংক্না) করিগীনো ? শাওবু শাওরিসিবু। হোরেন উন্নদ্রবদি ঐনা উন্নবা কান্দা পাওতু হায়বিগে তৌবনি খঙব্রা ইবুংঙো ? থাজদ্রগা লোকউ ইবুংঙো।

রাম : মথক্কী অহল ঐঙোন্দা ইবুংঙোকা হায়রদনা নকোক্তদা গ্লাসনা শুরকউরা ?

শান্তি : নংনা ভম্নগা শুজোনে।

রাম : মসি মচিনকা খুমইনে ;

শান্তি : শুজোও-শুজোও (রামনা শান্তিবু গ্লাসনা শুগদবগী তান্নে মচিন মৌপরা ওইবগী চান্ন-চিন্নবগী মওংদনি কোইতান তান্নৈ, মখোয় অনিমক কোইচেন চেন্দুনা শান্তি চেম্থোকই মঙাং-সিদা শ্যাম চংলকই)

শ্যাম : মসিগী অঙাংসে, খিগৎতুনা অমুক লৈরেনে। চাক্লা চাক লাম্বসিদা শোইরোই।

শান্তি : ( নোক্লা ) মানা গ্লাসনা শুগে তৌরিবা ( চংখিগে তৌই )

রাম : শান্তি গ্লাসসে পুশিনখ্রো।

শ্যাম : চাকতু পুথোরকউ মসিদা চারগে লাম্বনা লোইরবনি।

শান্তি : ( য়ান্না তপ্পা ) তামোচা চাকতি, ঐনা ঈংলে চজিক ওইরনি হায়তুনা অরাংগী ইনেখোয়গী অঙাংশিংদা লোইনা পীজথোকখ্রে অশাবা থোংলগা চারসি হায়তুনা, ······।

শ্যাম : কৈদৌবগী ঐগী চাক শরুকতু ······।

শান্তি : তামোচাদি নহানমখৈগুম্না হুল্লক্তবতুদা।

শ্যাম : চাক্লা চাক লাম্বসিদা, অতুদি প্রপ প্রপ থোংউরো চংলো চংলো ? অাই ; নংদি মসিদা কৈদৌরম্লিবা।

রাম : অস— !

শ্যাম : ঐদি ব্রানা নয়ুমস্তু য়ৌরুরবনি।

রাম : মচিনসিবু ঙমবু ঙমইনে, ঙরাং ঐখোয় অনি হায়নখিবস্তুবু নংগী নয়ুমদা ন্নুমিদাংবাইরম উবসি হায়নখিবা নত্রা ?

শ্যাম : অতুবুদি চুমই নংনদি য়াম্না পাম্বতুদা নয়ুমদস্তু নংবু খিরুবনি

রাম : নথৌ লৈতনা কৈদৌবগী য়ুমদা চংপীরুরিবা ?

শ্যাম : করিগুম্বা বাবাচৌনা থবক অমা চৎপগী ব্রা হায়বতুদা উন্নরোইদ্রা খন্দুনা নয়ুমদা চৎপীরুবনি নয়ুম য়ৌরুবগী ব্রানী

রাম : কান্নদে ! কদাই ঐগী পোৎতুবু শুরবা নত্রা ?

শ্যাম : শুরে।

রাম : অতুদি কদাই ঐগী পোৎতু কদাই ! পীরকউ।

শ্যাম : কদাইদগী নং লৈরমদ্রবতুদা ঈচনতুপী বীনাদা শুনা পীরম্লবনি

রাম : ( য়াম্না পাখৎনা ) অস ! ( মকোক পাইতুনা ফমথৈ )

শ্যাম : ( পাখৎনা ) কৈদৌরে, ভাই, কৈদৌরবগে ?

রাম : পুন্নমক অরেম্বা তারে, অত্তুদি ফংলরোই, ফংলরোই পৈশা পামত্তুনা লৈরীবা অঙাংত্তুদা পৈশা পিশিনলম্নবদি ফংলরোই করিগীনো ? মমান্নবীশিংগা লৈনি হায়ব্রা চান্ননি হায়ব্রা পৈশা পীয়ু হায়ত্তুনা নিঙাই তৌরিবা অঙাংত্তুদা পৈশাত্তু পীশিল্লবদি ফংলরোই ফংলরোই ।

শ্যাম : অত্তুনা ওইবা তারে, নিঙাই তৌমন্দুনা য়াদত্তুনা লুপা ১০০ অমত্তু হেন্না পীরম্লবনি ( মতাংসিদা থাপতক্না কুবেরনা কৌরকই শান্তি শান্তি শ্যাম লৈব্রা ? চংলকই ) ।

রাম : লুপা খরদি শোইদনা ফংলরোই, ফংলরোই, অস ঐবু লৈবা য়াদ্রে ।

কুবের : হায় শ্যাম ! ফরে নং লৈরম্বা ইবুংঙো রাম নংত্তু লাক্লম্মী ।

রাম : বাবাচৌ লাকচরম্মী ।

কুবের : ইপাগা লিলোং ফাওবদং চৎলুসি য়াম্না লুবা থবক্তি কদর বাবুদগী শেন খরা......... ।

শ্যাম : বাবাচৌ !

কুবের : ইথন্ত হল্লকপা ফগদবা মান্দে, মাও ইপাগা খরা চৎলুসিদনা ।

শ্যাম : বাবাচৌ ! ঐ চাক খরা চারকখিগে ।

কুবের : হৌজিক ফাওবা চাক চাদ্রিব্রা ? ফরে ফরে ইপা জিপসি পুরগা চৎলমলগে নংনা থোকপা লাক্তবা য়াদে ইপা হান্না চৎলমলগে ইবুংঙো অমুক্তা চৎলুখিগে নয়াম্বা বীত্তুরত্তুত্তু চৎলুসি হায়বনি অত্তুবু থবক লৈগা করিগা ঙেক, ঙেক ঙাংহৌবনি ইপা খরা হান্না চৎলম্লগে চাক চাবা হেক তোকপগা শোইবা য়াদেকো, ইপা চৎলম্লগে ? ( থোকখি )

রাম : কনদৌনি ! চাক্তি চাদ্রি খুনা লাকউ হায়রম্লিবত্তুগা ।

শ্যাম : চাকনা চাক লাম্বনে খঙদ্রে ! মসি অঙাংসিনা ঐগী চাক শরুক মীঙোন্দা পীজথোকলিবসে ।

রাম : করিনো ! করিনো ! হৌগ্রবনি অঙাংসিদা অমুক পংঙাং ঙাংবীরিবসিবু নুংশিদ্রা ? নুংশিদ্রা হায়বা ।

শ্যাম : নুংশিবা, নুংশিবা ; মচনবু মবুংনা নুংশিজবা তশেংবনি রাম, ঐ ইশানা ইশাগীদমক থোইনা খল্লুবা লৈতে। কনা অমণ্ডগী অরাবমু ঐডোন্দা লৈতে, শিবা চংবা হিংবা থোইনা খন্নরুবা লৈতে। অদুবু মরাইবক থীরবী ঈচন মহাক্কীদমক খনবদা অহিং নুংথিল তুম্বা চাবা, মতম পুন্নমক্তা মহাক্কীদমক খনবদা অরাবা অমদি তোইনা চৈথেং কয়া পীরি।

রাম : নত্তে, ঐখোয় লৈরিবসিদি নং করিগীদমক্তা রারিবনো ?

শ্যাম : নংনসু হায়রিবদুনি রাম ! ঐখোয় লৈরি হায়না। মরাইবক থিরবী মাগীদমক্তা ঐ লৈরি হায়দুনা চোংথোকপীরব্কদবা কনানো ? হৌজিক্কী যুকসিদা, হায়য়ু রাম হায়য়ু।

রাম : চুম্মী শ্যাম, তশেংনা চুম্মী। ঐগী ঈচন লৈ, মচংবু মবুং ঐখোয়না নুংশিজবা নংগা ঐগা ওসি ফাওবা লোইনরিবা মরি—নখোয় ইমুং ঐখোয়গী ইমুং অনিগী লৈনরিবা মরি, লোইননা নং ঐগী মরক্তা নুংশিনবগী মরি ওসিগী মীয়াম্বা খংবীদ্রবসু ঈশ্বরতনদি ময়েক শেংনা খঙবীরমগনি। করিগুম্বা ঐখোয় অনিগী মরক্তা অমনা খুদোংথিবা থোক্রবসু ঐগী ঈচন বীনা, নংগী নচল শান্তি মখোয় অনিগীদমক্তা মবুং অমদি শোইদনা লৈগনিদনা, লৈরোইদ্রা ?

শ্যাম : লৈগনি শোইদনা মবুং লৈগনি।

রাম : নং করিগী অদুক পুক্নিং শোন্থরিবনো ?

শ্যাম : অদুবু রাম ঐগী ঈচল শান্তিসে মরাইবক ওন্থোক্লা থিখ্রবা হায়বদুনি।

রাম : করিগী মরাইবক থিবা ওইগদৌরিবা ?

শ্যাম : নৌজরিবা ঈচলগী পুন্সিদা, মমাদা-মপাদা নাওথি শাবা ফংজদ্রিবীনী মশাগী অপাম পামদা মনিং তম্না ফোংদোকচবা ঙমদ্রিবীনিদো মবুং ঐডোন্দা অয়ুক-নুংথিল অনিমক্তা কেজরিবা ঈচলনিদো করিগুম্বা লাইবক থিজুনা ঐনা হান্না শিখিবা

থোক্লবসু মহাক্কী থম্মোয়দা মবুং অমগী তৌফম থোকপা কয়াগীদমক তেংবাংবীয়ুকো।

রাম : করিগীনো ঙসিদি অদুক থম্মোয় শোন্থরিবা; ঐগী ঈচল বীনাসু নৌনা ইমা কায়নথ্রবীনিদো। চুম্মী নং ঐগী ঈচন অনিসে মরাইবক ওন্তোক্লা থিথ্রবনি চুম্মী ঐগীদি বাবা লৈরি। ঈচনশিংগীদমক্তদি য়াম্না মরাইবক থিরবীনি। মখোয়গীদমক্তা মবুং অনি ইচাও চাওনা লৈরীবসিদি লাও থোকমীন্নথ্রসি নংগী বাবাচৌগী থবক হায়বদো।

শ্যাম : রাম!

রাম : ঐসু শেনহু বীনাদগী অমুক্তা লৌশিন্নুগে থোকমীন্নরসি।

শ্যাম : ইবেম্মা শান্তি শান্তি।

শান্তি : (থোক্লুনা) করি হায়রগে তামোচা।

শ্যাম : ঐ বাবাচৌনা লিলোংফাও লাকউ হায়রম্মী চৎলুখিগে।

শান্তি : চাকসু লোইদোরে চাক খরা চারগা চৎলু।

শ্যাম : ঐ থবক হল্লক্লগা চারগে ঐবু ঙাইরম্মু।

রাম : লাকও-লাকও, থোকমীন্নরসি।

শান্তি : তামো, নংদি চাক খরা চারগা চৎলু।

রাম : চাররোই।

শান্তি : করিগী?

রাম : বীনাদগী শেনশিংহু অমুক্তা লৌশিল্লুখিগে।

শান্তি : হায়মা অতুবু কোন্না লোবা য়াদ্রা? অতৈ কনাসু নত্তে।

রাম : ঐ নখোয় অমত্তা থাজদেনে, লাও-লাও ঐ থুনা য়ুম য়ৌনীলে (মথং মথং থোকমীন্নখি)

শান্তি : (কৌজবনি) তামোচা খরা ঙনদি হল্লকউকো। (মবুং অনিনা চৎখিবা মাইকৈদা হন্না হন্না য়েংহুনা ইমুং চংখি)

( Short Interlude Music )

# অনিশুবা উৎপা

**মফম ঃ লম্বী লমহাং**　　　**মতম ঃ নুমিদাংৱাইরম অচিকপা**

[ কুবের কদরখান য়াম্না মরৌ লৈনা ৱারী শান্নতুনা লাকই, মখোয় অনিমক খুৎতা অচৌবা বেক অমমম পাইনরকই। লুপাগী পৈশাগী ৱারীনী ]

কদরখান ঃ মখোয়গীতু ঐনা লোইনমক পেমেন্ট তৌগ্রবনি।

কুবের ঃ　হোই মতুবুদি য়াই, মতুদা প্রেমনগরদগী লাক্কদৌরিবা শেনফম অতুদি কমদৌবা? তশেংনমক মতুগী লাক্কদৌরিবা শেনফম অতুনা পাওনা বজারগী প্লোট অতু ঐ লৌশিল্লগে খল্লি।

কদরখান ঃ পুন্নমক ফরে, অতুবু লুপা কয়াদি লৌগনি হায়বগে?

কুবের ঃ　লাক্ষ ১৭/১৮ দি লৌনিংমাল্লে।

কদরখান ঃ য়ারে! অতু ঐঙোন্দা লৈ খনবীরিবনা কয়ানো?

কুবের ঃ　মঙামখাই ওইরিনিনে হায়বদি লাক্ষ মঙা লিশিং য়াম্বে।

খান ঃ　খন্নসি; মী চীকপা শ্বাইদা অসুম শান্নরসি। মুন্না ভাবীয়ু। মী অমগী পুন্সি লোইশিনবদা ঐখোয়গী করবারসিদা লুপা কয়ানো?

কুবের ঃ　করিনো ঐবু ভাব তাদে।

খান ঃ　অদোমগী অপাম্বা মতুংইন্না ফংফম থোক্কবা মীগী লৌ ইশ্নোল লৌনবা হোৎনবদা শ্যামগী মপাবু………।

কুবের ঃ　মতুদি হৌগ্রবা থবক্তী লোইনগ্রেনা, আইনবা য়াদবদগী ফজবী মওংদা ঐনা শ্যাম অমদি মচন নুপী শান্নিদা য়ান্নবগী মতুংইন্না পীফম থোকপা পীগ্রেনা।

খান ঃ　লোইদ্রি, মরমদি অদোমগী ইচা নুপা বীতুরনা কেশ অতু অমুক হন্না চথহল্লগা পৈশা লুপা য়োমতুদা নমতুনা লৌগনি হায়রি করিগুম্বা য়ারোইদৌবা উরগনা মবুংসু মচনবুসু…।

কুবের : নঙোন্দদি কৈদৌঙৈ হায়রম্মীবা?

খান : নহান নোংমাইজিং মমিৎতা শোমদা মমান্নবশিংগা পিকিনিক লাক্লম্মী ঐখোয়দা চংলক্লগা য়েনকাস্তু য়াম্না লৈখিবনি অদুদা হায়রম্বনি।

কুবের : মদু ওইথোক্কনি হায়বা থাজদে। ঐনস্তু থামলগনি।

খান : মরমদি ?

কুবের : শ্যামগী মপা ইনাও রাজমনি ; মওং চাদনা শিখিবগী মরম মতমদুগী আই-ও ওইরম্বা সলামগী ইবোহনবীনা হৌজিক অমুক নৌহৌননা ইন্টরেষ্ট লৌখৎলকই। মাদি অচুম্বা পাম্বা পুলিস ওফিসারনি মচাম্বপা শ্যামস্তু ঐগী দুকানগী থবক হেক লোইবগা ঙমা, অমা চৎতুনা য়াম্না কন্না হোৎনরি হায়বা ভারবনি করিগুম্বা মদুনা খঙনরকপা থোক্রবদি…।

খান : তো—। অদুনা থবক অদু ঐ অমদি ঐগী মীশিংনা পাং-থোকখ্রবস্তু মদুগী কমান্দ তৌবিবা মীশক্তু কনানো ? অমত্তা পীক্ন থোকত্রবজাংনি মতমদুগী লুপা পৈশা য়াম্মু য়ামদে।

কুবের : খান বাবু! থৌদোক অদুগী অচেংবা য়েংনদুনা ঐঙোন্দগী খুদোং চাবা হেন্না লৌগে অসিনিনে, নংস্তু খন্দুনা য়েংউ নংগী গাড়ীনা মী অনি হাৎলুবগী পুলিস কেশ, শিরিবা মপুগীদমক শিজিন্নখিবা পৈশা খরদু ফাওবা নং ঐঙোন্দা…।

খান : উম : অদোমনা হৌজিক শারিবা বুইলডিং তোংলিবা জিপ কার, ত্রক লৈরিবা দুকান প্লেট ময়ামসিবু নংতগী পৈশানী হায়গেরা ? অদুবু ঐগী গাড়ী এক্সিদেন্টদা লুপা লাক্ষ ৩/৪ থক পাংখি য়েস য়াই পীয়ুরা ?

কুবের : অতৈ, নঙোন্দা চংখিবা ৮ অদুদি ঙসি পীনী হায়বা নত্রা ?

খান : পীনী, করিগী পীরোই ; পীভ্রিঙৈগী মমাংদা হিসাপ অমা শেংদোক্লবদি দরকার ওইদ্রে। হিরোইন নম্বর ফোরগী প্রেমনগরদগী লাকখিবা লুপা লাক্ষ ৫ অদুনা কমদৌবা ?

কুবের : অতুদি প্রতাপসিংদগী লুপা লাক্ষ ৮ অতুদি নংনা পুথ্রে হায়তুনা ননাওন্নপা অমরজিংনা তম্মী। মতুনা কমদৌরা, লাক্ষ ৮গী মনুংদা নংনা ফংফম থোকপদি অহুমদং নত্রা? চুমলিনিনে? শ্যামগী মপাগী কেশ অতুগীদমক্তা নঙোন্দা চংখিবা খরা অতুনা নংগী গাড়ীগীদমক ঐনা পিখিবা অতুগনা পুন্না লাক্ষ মাপল মখাই হেনগ্রে। য়াম্বু য়াম্মন-শ্রবনি নিপালগা মঙাগা অনিগী শেনফম অতুদি হৌজিক পীথোকপীয়ু।

খান : ও—! মতুগী শেলফম অতু শেল ওইনা পীরনী হায়দনা লাক্লবনি পীরগে; নংসু লৌবা লাক্লবা নত্রা? (অচৌবা বেগ অমদগী লৌথোক্লবা শেম শাবগী মওংদা) য়ুমদা তৌরবদি অতৈ অঙাংশিংনা উরবদি মতমসিদা ফত্তে হায়তুনা লমহাং অমদা পীরগে হায়তুনা পুথোরক্লবনি।

কুবের : (য়াম্না চন্না থৌশাদনা) ঙসাইনা শাওদনা জ্ঞান তানা ঙাংনরগা হায়নরগা য়াবসিদা নখোয়গী হৌনবী হেক্তা তৌইনে।

খান : চুম্মী! মসিসু ঐখোয়গী হৌনবীনি (রাহৈ অসিগা ইরোইননা নোংমৈ লৌথোক্লগা কাপ্পা) কমদৌই? (চেনগে তৌই)।

কুবের : কদর বাবু! কদর বাবু!

খান : (চংশিন্দুনা অমুক হন্না নোংমৈনা কাপশিল্লী) খঙলত্রা? (মতাংসিদা গাড়ী লাকপা মখোঙ্গ তারকই) হৌজিক কাঙ্গগী নহারোলগী মতৌসিগা নংনা কদাইদা থকচিল্লুরিবা হুমিৎ তারমদাইসিদা, হৌগৎতুনা চৎপা ঙম্মরোইদবা নত্রা? হিপথৌ নলাসিদা ঙাথরগা (ফজনা ফবগী মওংদা থম্মী) অতুগা নাথৈতুনা চেনখিবা) (মতাংসিদা শ্যাম চংলকই কোইনা য়েংই)

শ্যাম : ঐখোয়গী বাবাচৌগী গাড়ীনী আদগীসি গাড়ী বেরা তৌরক্লুনা মফমসিদা লৈরবা জাৎলা? ও— বাবাচৌ! কদোমদা

লৈশ্রবনো ? ( কোইনা য়েংই ) উরবদা বাবাচৌ করিনো তৌরিবত্নুবো ? ( প্রপ-প্রপ চংশিন্দুনা মশা পাইদুনা য়েংই ) বাবাচৌ ( কপ্পা ) করিনোনে বাবাচৌ ঐবু মংলা তাই-বংলা ( কপ্পা কপ্পা ) বাবাচৌ ! বাবাচৌ ! ( মতাংসিদা চেম্থোক্লুনা কোয়না য়েংই, পুলিস ইন্সপেক্তর কুমার লাও-রকই মন্নুংদগী )।

কুমার : তোথ্বা, গাড়ী থাম্মু ! ( গাড়ী থাম্বগী মখোল তাই ) চালকই ।

কুমার : করিনো মতম ফত্তবসিদা—। য়ুরা ? নম্বর ফোররা ? হায় নবু ভাই বীত্নুরগী মনাও নত্রা ?

শ্যাম : ( কপ্পা ) মানি সার !

কুমার : নং কৈদৌরবা ? সিদবু হৌজিকপু অমত্নুনা কনা ?

শ্যাম : ঐখোয় বাবাচৌনি সার ।

কুমার : ( চংশিন্দুনা য়েংই ) কৈদৌরবগে ঈগী ঈ ভাক্তা নংমক্লা··· ।

শ্যাম : সার ! ( কপ্পা ) ঐগী বাবাচৌনী ! ভসাই ঐভোন্দা লীলোংদা লৈবা বাবাচৌগা কারবার তৌমিন্নবা খানদগী পৈশা লৌরুনী চৎখিবনি ঐনা লাকপসিদা হৌজিক্তা থেংনরিবসিনি ।

কুমার : ( ঈত্নু মখুৎনা কয়া কুইরবনো য়েংই ) মসিদি হৌজিক মিনিট ৫/৬ কী মন্নুংদা থোকখিবা থৌদোক্নী মফম খ্বাইদা নং নত্তুনা কনা অমস্নু উদে ( চংথোক্লুনা য়েংই ) মী অতৈ চেনখিবা চৎখিবা ওইরবস্নু লমহাংনি লম্বীস্নু চুমজ্রিং চুমই উনীনা—। নংবু য়ান্না চিংনবনি নখুৎ থাংগৎলু ( মশা পাইত্নুনা চেক তৌই )।

শ্যাম : ঐবু মঙলা ! তাইবংলা ? ( ৱা ভাংদনা চপ লেপ্তুনা লৈ মতাংসিদা বীত্নুর খানগা ৱারী শাত্নুনা লাকই )

বীত্নুর : য়ুমদগী লীলোং চৎখি হায়বদগী প্রপ-প্রপ লাকপনি ।

খান : ঐস্থ লুপা লাক্ষ ৫ রোম পাইখিবত্রুদা চিংনহ্নুনা অমুক নখোয়দা লাকপনি লম্বীদা থেংনরিবত্নুনি নং—ঐ কদাইদা নংগা থৈনরিবনো ? কুইদ্রিবনি চৎখিবা অতৈ অতৈ থবক চৎকনি হায়রম্বা ?

বীত্নুর : মত্নুগী ৱা হায়রমদে অতৈ করি থবক লৈরমগদবা ? আদগীসি ঐখোয়গী জিপ মানখ্রেদা ।

খান : ( য়েংলগা ) এ, করিগীনো ? মীয়ামস্থ লৈ গাড়ী এক্সিদেন্টলা পুলিস থরস্থ লৈবা উই । ( বীত্নুর চেনশিন্দুনা য়েংই )।

কুমার : ভাই বীত্নুর নখোয় বাবানি ।

বীত্নুর : ( য়াম্না ঙক্লা ) মতৌ করম্না গাড়ী এক্সিদেন্টলা ?

কুমার : খঙদ্রি গাড়ী এক্সিদেন্টদি নত্তে৷ ঐস্থ থৌবালদগী হল্লকপনি লম্বী ময়াসিদা জিপ লৈরম্বী নখোয় ননাও শ্যাম মনাক্তা লেপ্লুনা লৈরম্বী ঐস্থ ভাব তাদে ।

বীত্নুর : ( শাওনা ) শ্যাম ! নংনা ঐগী ইপাবু চংশিন্দুনা খুৎপাক্লা ওন্না থাই । অদুনা মখৌরি চরম মেৎলী ( কুমার চংশিন্দুনা খামদোকই ) ।

খান : ভাইখো ! বীত্নুর !

কুমার : ভাই—বীত্নুর ! তপথখো মতিক চাবা দণ্ডি আইন্না লেপ-চগনি ।

শ্যাম : বাবা খান ! ঐবু......... ।

কুমার : অচুম অরাল ওফিস য়ৌরগা ।

বীত্নুর : ( শাওনা ) খুমিৎ খুদাংদগী হৌরকপা, নংনস্থ ( চংশিন্দুনা ) ফুই ।

খান : ( চংশিন্দুনা খাম্মী ) বীত্নুর কাকাগী বীত্নুর নংগী কেশকী-দমক ঐ লৈ, চিংনহ্নুনা ফংফম থোকপা মাগী মাগী ফং—জগনি ।

## ব্রাকচীংগী নোং—১৩

কুমার : (শ্যাম মখুৎ পুনশিল্লী) ভাই বীতুর বাবাগী অশিবা হকচাংসি অমুক্তা পাইবীয়ু পোষ্ট মোরতেমগী দমক নখোয়গী জিপ অসি তান্না পুরসি।

খান : পাইয়ু পাইয়ু বাবাগী হকচাং (ময়াম চংতুনা অশিবা পুতুনা চংলি)।

কুমার : শ্যাম মাংদা চংলু! শ্যাম ফাতুনা পুখি শ্যাম ইঙক ঙক্লা মমিৎতা পীগী ঈরা চেন্না তপ্না তপ্না থোকখি।

বেকগ্রাওনদগী য়াম্না ঈংনা তপ্না ঈশৈ 'ওইনা' ম্যাজিক অমা লাকই। মথা তারকপদা ঈশৈ ওইনা—

মদোম তরক লৈহৌরে,
কনা উনদা খাংহৌরে;
কল্লক মৈরীনা ব্রাইররে

ক'য়না মৈশাঙ্গু লাংহৌরে।
কল্লক মীহৌগী তাইবংসিদা
হিক্লা-হিক্লা কপহৌরে
অরা মৈশা খাঙহৌরে
কায়না ফিজং মরুমদা।

মীৎকী পীরাংনা পিরোইনহৌরি
খাংঙমদা মৈচাক্লা মৈরাইহৌরে
পুন্সিনা পুন্সিবু থাগোনহৌরি।

(Short Interlude Music)

# অহুমশুবা উৎপা

**মফম ঃ শ্যামগী য়ুম**　　　　**মতম ঃ নুমিদাং অথেংবা**

[ বেকগ্রাওন্দগী য়াম্না তপ্না নুংশিবা শুরদা ঈশৈ অমা তপ্না শক্লকই ঈশৈশিংতুগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা বেকগ্রাওনগী ডাইলোক কয়া মথং মথং হায়রকই। মতাংসিদা শান্তি মখুৎতা লালটেন অমা পাইরতুনা মবুং হল্লকপা মপান্দা য়েংতুনা ঙাইরি। ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা থোররক্লগা অমুক ইমুংদা চংখি ঈশৈ শকপা লেপ্তুনা শকলকই ]

শান্তি ঃ ( থোরক্লুনা ) ওন্থোক্লা শাওনিংথ্রে, ঐখোয় তামোচাসি ; ঙসি অহুম্না নোংমতা তৌখিদ্রি ; করি খুদোংথিবা থোক্লবজাৎনো ? বাবাচৌম্বু লাকপগী মরা মপাও অমত্তা তাদে। (য়াম্না কপ্লিংনা) চাকস্তু লামই হায়রম্লগা ঙসাইদগীসু চাখিদে, ( লালটেনতু পাইতুনা য়াম্না নিঙমদনা চেন্থোক্লগা ) ও ইমাবোক, ইমাবোক ; ইপনখোয় হল্লকলব্রা ? করিনো কনা অমত্তা খুম্লক্তে (মতাংসিদা স্কুটর কন্না থৌখিবগী মখোল তাই ) হায়বা কনানো গাড়ী কন্না থৌরগা লৈরক্তা চৎখ্রিবসিনা, ও ! ইনম্মা. ইনম্মা ইবেম্ম ; কনা অমত্তা খুম্মীরক্তে, ঐবু লৈফম খঙদ্রে, ( ইমুংলোমদা চংখি ) মতাংসিদা রামসিং য়াম্না নুংঙাইতনা চংলকই চপ লেপ্নী ( বেকগ্রাওন্দগী ব্রাহৈ থরা তারকই। রাম ! মানি ; মাগী-দমক করিগুম্বা ঐনা লাইবক থিখিবা থোক্লবদি মাবু কনানা য়োকপী থাকপীরক্কনি। মসি খল্লুবদা অহিং কয়া তুমখিদবনি। পুলিস অমগী খোন্দা য়াম্না তাখৎনা, হেরা রামসিং থব্রাই য়াম্না য়াওশিল্লক্কনু মসি মী অমা হাৎপগী কেশনি মতুগীদমক ফারিবনি। থাদোকপা জামিন লৌবা খক য়ারোই। হা, হায়য়ু ! নংবুসু এক অমা পানশিন্দুনা ফাজিল্লুরো ? চৎলু

চৎলু মখা তারম্নু— য়াম্না মীনুংশিগা লোইননা য়াম্না লেম্না রামসিং! পুম্নমক ঐ লোইনা জ্ঞান তারে, মরমশি য়াম্না লুইনে হা—! ঐনা হোম মিনিষ্টরনি হায়দুনা হৌজিক হেক থাদোকপা য়াবা মতাং হায়বত্নু থোক্তে। হয়েং নোং হেক ঙানবগা কুপ্পা খননসি য়ুমদা হল্লো থেংগ্রনি)

রামসিং: (নুংশা শ্বর শাংনা হোন্থদুনা) শান্তি! (খোঞ্জেল য়াম্না নিক্লা)।

শান্তি: (হরাওনা লালটেন পাইদুনা চেন্তোরকই) তামোচা! তামোচা, নংবু ঙাওব্রা? কদাইদা চৎলুই অম্নুক থেংলফাওবা ঐদি কয়া রাক্লুরে।

রামসিং: শান্তি—! (খোঞ্জেল নিক্লা)

শান্তি: (ওক্লা) হাই; কনানো? ঐদি ঐখোয় তামোচা ঙইরবোই নিংলুরে নত্তেনহে। (য়াম্না কীনা তুং হন্দোক্লুনা লালটেন থানগৎলুনা য়েংই। তামো রাম! ঐখোয় তামোচাদি (কোম্বোংলোমদা মাই ওন্দুনা) তামোচা! তামোচা!

রাম: ইবেম্মা, লাও; সিদা লাও!

শান্তি: তামো উন্নরকত্রব্রা? ঙসাই থিবনি চৎথ্রগা অহিং য়ৌরফাওবা।

রাম: উন্নরক্রে— শান্তি।

শান্তি: অদুগা লাকমিন্নদ্রবদি করিগী? কদাইদা লৈহৌরিবা?

রাম: মহাক য়াম্না লুবা থবক অমা তৌহৌরি অদুদা নংনা নুংশা থিরনী হায়দুনা.........।

শান্তি: হৌজিকপু, করি থবক? কদাইদা! চাকস্থ চাদনা। চাক চারগা চৎপা য়াদে হায়বরা ঙসি লাক্লরোই হায়ব্রা? তামো খুম্মু, তুমিন অঙাং মচাদৌনা.........।

রাম: (য়াম্না থম্মোয় ফাথরগা) লাকনি—।

শান্তি: করম কান্দা?

রাম : খরদি থেংলক্লনি।

শান্তি : তামো! করিগীনো নহালমথৈগা মান্নদে খোল নিক্লিবনা কৈদৌরে ; কৈদৌরবগে হায়বা (লালটেন্দু মমাইদা থান-গৎলগা য়েংই) নংবু ঙাওব্রা? খুম্মু! ঐখোয় তামোচা কৈদৌরবগে?

রাম : শান্তি—! ঙসিদি নংগী তামোচা ঙাইবা ওইনা ঐ বা অমা হংগে নং শেংনা খুম্মু। নংগী—তামোচাসে কয়াম নুংশি।

শান্তি : চাংদমনবা য়াবা অমতা লৈতে। য়াম্না নুংশি করিগীনো?

রাম : অদুবুরো—। নখোয় তামোচাগা নংগা লৈনবা মরিদু অসুম খল্লুরগা কপনীংলকপা (কপনোক ওইনা নোকপা)

শান্তি : হে, হে ; অদুগী ওইরে! তামোদি ঈচে বীনাবুদি নুংশি-দরনে।

রাম : করিগী নুংশিদনি ; অদুবু ঙসিদি বীনাদগী নংনা য়াম্না হেন্না নুংশি। নং চাক চারব্রা?

শান্তি : চাদরি ; কৈনোহে তামোচাসু য়াওদনা, ঐদি নোংমতসু তামোচা য়াওদনা চাক চাদে। খঙলমক্তদা……।

রাম : নং চাক লামদ্রা? ঐগা নংগী তামোচাগা কনানা হেন্না নুংশি?

শান্তি : লামজসনু, তামোচা লাক্লগা চানি ঙাইখিনী, তামোগা চপ মান্নবা নুংশি।

রাম : অদু শ্যামগা ঐগা লুনা তিন্নৈদনা নং খঙলিবদুনি।

শান্তি : অদু কৈদৌরগে তামো! তামোসু ঐখোয় তামোচাগুম্বনি।

রাম : ঐ চাক য়াম্না লাম্বদো চাক খজিক্তুং চাগে হায়বা।

শান্তি : য়াইনে, চাও ইমুংদা হেক্তা চাও ঐ থাইদোকপীগে?

রাম : নংদি চারোইদ্রা?

শান্তি : তামোচা ঙাইখিনি।

রাম : চাক লাম্বা ঐসে, য়ুমদা ওইরবদি ঐখোয় বীনাগা হেক-হেক ঐস্থু চামিন্নবদো, নংনদি নখোয় তামোচা ভাইখিনি হায়বদো, নখোয় তামোচা য়াওন্নবস্থু ঐগা খরা চামিন্ন-রুসিদনা।

শান্তি : তামোচাদো ভসিগী চাক চাখিদ্রি, ভাইবীদ্রবদি ;

রাম : নংনা হৌজিক্কা তামোচাগা চপ মান্নবা মুংশি হায়খিব-দাইনে। ঐস্থু ইথন্তা চাবা হৈনদবা ; ঐগা চারুরসি ; ( মতাংসিদা শান্তি লৈথোক্লুনা মবুং লাকপা য়েংই মীনীন তাবদগী, বীতুর শাওনা লাওতুনা চংলকই শান্তি ভকই )

বীতুর : ( শাওনা মপান্দগী ) শান্তি — ! শান্তি— ! ( লীচৈ অমা পায়রকই ) ।

শান্তি : তামোচৌ — ! ঐ লৈয়ে করি হায়বগে ?

বীতুর : নখোয় নচিন নৌপরা অনিনা ঐখোয়বু অস্থক উৎশিৎতরিবসে করিগীনো ? হা— ! ইপানা করি লালখিতুনা অস্থক তমথিবা থবক করিগীনো ?

শান্তি : তামোচৌ ! কৈদৌরবগে ঐদি ভাব অমত্তা তাদ্রে ।

বীতুর : ( শাওনা ) খভদে ; ভাব তাদে ! নখোয়না ঐগী ইপাবু হাৎলিবা নত্রা ?

শান্তি : ( ভক্লা ) তামো বাবাচৌবু...... ।

বীতুর : নপা-নমা মফম খভদনা শিখিববু ; লৌ ইস্খোলগী বেড়া খরা তৌনবগীদমক পাবুংনা তৌরবোই নিংতুনা নবুংতুনা ঐগী ইপাবু হাৎলীবা নত্রা ? মাবু মফমতুমক্তদা লোই-শিল্লগে তৌবনি, মরাইবক ফবদগী কুমারনা খামতুনা মথরাই হিংবনি পুলিসতা লৈখিবনি নত্রবদি......... ।

শান্তি : তামোচৌ— ! বাবাচৌবু ; ঐখোয় তামোচামক্লা ওইথোক্ত-বনি ।

বীত্থর : করিগী ওইথোক্কবা ! ঐনা মঙোন্দা ওইদরা হায়গদ্রা ? কুমার মশামক থেংনত্থুনা নবুংবু মীহাৎপগী হাত কোরা চন্দুনা ফাত্থুনা পুশ্রবনি ।

শান্তি : করিনো, ঐনা তারিবসিবু ! তামোচা, ইমা ! বাবা !

বীত্থর : নমা-নপা অশিবশিংত্থু কৌবদি লাইরি, বদমাস – ( শাওনা ) ঙসিদি অফংবা অমা তুম্না হাৎলগদবনি ( চৈ থাঙ্গৎতুনা ফুনবা চংলকই রামসিং চংশিন্দুনা থাম্মী ইল্লুবদা তুখি ) নং কনানো ? নং কনানো ? নংগী নথৌ করি লৈ ?

রামসিং : তাচৌ— ! য়াম্না ফিংগৎপীরে ; অমুক্তা তপথবীখো চুম্মী ! অত্থুবু ঈচলসিদি মুপী মচানি করিস্থু খঙজদবনি ।

বীত্থর : ( শাওনা ) নং কনানো ? হা নং কনানো ? ( মথবাক্তা পাইত্থুনা ইল্লি ) মুমিদাং মী চিক্রবা মতমসিদা নয়ুমদা মুপা নহাকা পুশিন্দুনা, ওক্কবী নং লৈকায়সিদা লৈবা য়ারোই ।

শান্তি : ঐনা করি লানথ্রবনো, তামোচৌ !

রাম : তাচৌ ! পাবুং লৈখিদবগী মুংঙাইরয়োই ঐখোয়সু মুংঙাই-জদে, পুম্নমক ঐসু তাজরে তুমিন্না থাংজবনি ঈচল শান্তিগী মবুংসি শ্যাম মতোমতা ওইরবোই নীংশুমমাল্লে । রামসিং কৌবা মবুং অমা ইচাও চাওনা লৈজরি হায়বসি কাওবী-রমাল্লে ।

বীত্থর : ওই ! কদোমদগী মবুং ? কনাগী মবুং ? মবুংদি ঐনি ।

রাম : অদোম্না শাশিন্নবা মবুং ! ঐনা ঈ তিন্নদবা ঈচলগীদমক থরাই কথোকপা ঙম্বা মবুং !

বীত্থর : হৈ ; নং চৎথ্রো চৎলু ! ঈচল ঈচল হায়ত্থুনা করি ওইজবা পামত্থুনা চিক্রবা অহিং অসিদা......... ।

রাম : ওইজবা থিবা লাকপা নত্তে । ঐ ঈচলবু শংবা লাক্লিবনি ।

বীত্থর : হা ! শংবা লাক্লিবনিকা হায়ত্থুনা, নং নথরাই মাংনিংব্রা ? ঙসাই পুলিস ষ্টেসন্দসু ঐঙোন্দা য়াম্না য়েৎলি নং হাৎ-তোকউরো ।

রাম : কয়া শাও খোংতুনা তৌবীয় ; মরাইবক থীরবী ঈচলসে মবুংগীদমক্তা কপ্লনা লৈরীবনি। মহাক হেক খোক্লকত্রি-মখৈ শংগদৌরিবনি কাম্লরোই লেংবীরো তাচৌ ঈচলগী মতু নামা শোকপা য়ারোই।

বীতুর : ঐসে মবুং অহলনী ; য়ুমসি নয়ুম নত্তে। ইকাইবা খরস্থ খংউ। ঈচলবু বারকপদি মবুং ঐগী ইথৌনি।

রাম : পুন্নমক ভাব তাজরে। নহানমখৈ শ্যামগী তাচৌনী হায়-বগীদমক তাচৌ কৌজবনি। ঙসিদগী বীতুর সাহেব কাম্লরোই লেংবীরো।

বীতুর : নং শঙ্গ তৌই। ওভরগ্রাউন্দা লৈবা মীনি ফৈ বীতুর ঐগী ইগুন খংগদবনি। হৈ ওক্তবী নংগী নবুংতু ইপা হাৎপগী ফাঁসি তৌহনা হাৎপা ঙমদ্রবা ঐ বীতুর নত্তে খঙগদবনি। (শাওনা ভাং ভাংতুনা খোকখি)

শান্তি : তামো ! ঐগী তামোচাবু তশেংনা মী হাৎলুরব্রা ?

রাম : নত্তে ! শান্তি ! বাবাচৌগী শিফম অতুদা চংলুরগীদমক লেপ্লনা লৈরীভৈদা ইন্সপেক্তর কুমারনা থেংনবদগী মাবু হেক্তা ফ্যবনি। বাবাচৌদি নোংমৈনা কাপ্পনি নোংমৈ মথুন অনিস্থ লৈরম্মী। পোষ্ট মোরতেম তৌরবা তুংদা কনাগী নোংমৈনো শোইদনা খঙগনি নংগী তামোচানা হাৎপা নত্তে।

শান্তি : তামোচাতু ঙসিগী চাকস্থ চাখিজ্রিবনি—।

রাম : ঐনা লোইনা ফননবা শিল্লবনি। মফম অতুরাইদগী মী খরদা হংবদস্থ বাবাচৌগা কদরখানগা বারী শাম্নতুনা জীব অমদা চৎমিন্নখিবগী বারীস্থ তারকই। ইবুংনা অতোপ্পা ঐগী মরুপ এস-আই দিনাগা তান্নতুনা ঙসি অহিং অসি কদর বাবুগী য়ুমদা শোইদনা থবক খন্না তৌরগনি অতুদগী লংলা লংলিন থরস্থ শোইদনা খঙলগনি নোংমা নিনি

লৈরগা শোইদনা থাদোরক্কনি চিংনগনু নংগীদমক, নবুংগীদমক ঐ খোংফম অমা হন্দনা লেপকনি। লাও ইমুংদা য়াম্না কুপ্না মরম ঐ লোইনা তম্নগে।

( কপ্না-কপ্না তুংথা মাংথা চংমীন্নখি )

Short Interlude Music.

# মরিশুবা উৎপা

**মফম ঃ কমলগী য়ুম** **মতম ঃ অয়ুক**

[ কমল য়াম্না চম্বা শঙ্গ তৌবা মীশক অমগী মওংদা ফিজেৎ লৈতেংলি ; মতম খুদিংদা মচাশিংবু লাইরিক লাইশুদা থরাই য়াওবা মীশক অমনি। মহাক্কী হোৎনজবা মহৈ ফংজবদা হরাও তয়াম্বা শক্তম অমনি ]

**কমল ঃ** ঋংঙাইরে, ঋংঙাইরে ; হন্দক ঐগী ইচানুপীনা মমান্নবী খ্বাইগী মকোক থোংনা লাকপসিদি, ঐ ইচা পোকচবগী পেল্লে। চাওবী ! নং নচাশিংগী মতৌসি লাইরৈবাক্কী উরিনিকো নংদং লৈরম্বা থোক্রবদি কয়াগী মতিক পেঙ্গরমগদবা ( মতাং-সিদা তোম্বা চংলকই )।

**তোম্বা ঃ** করিনো মাম্মা ! মুরুম, মুরুম, ঙাংলিবদো !

**কমল ঃ** নংগী নচলনুপী বীনাদো হন্দক্কী পিঃ ইউঃ সিঃ গী পরিক্ষাদা মকোক ওইবগী মাম্মানা ঋংঙাইমন্দুনা ননে চাওবী নিংশিংদুনা শোনবনি।

**তোম্বা ঃ** ( য়াম্না লাংতক্লনা ) হোই ! হোটেলদা ঙাংনহৌই, হংগে চংলকপনি ময়াম করিনো য়াম্না ঙাংনহৌই।

কমল : নত্তে, করি করি হায়নহৌবা মাম্মদা তমউনে।

তোম্বা : খবরদা য়াওমানে, ময়াম ফাক্লুনা য়েংনহৌই অদুগা মাম্মবু মচা মশু শেম্বা হৈ হায়নহৌই।

কমল : নচননুপী বীনানা হন্দক্কী পরিক্ষাদা মকোক ওইরকপসি নুংঙাইরে......... ।

তোম্বা : মাম্মা ঐস্নু নুংঙাইবদো খরা য়াওজগে। অদু মাম্মা মখাদি কমদৌবা।

কমল : হন্দক্কী নচননুপী বীনাসে ইম্ফালগী কোলেজ খরা নকপা মফমদা থম্লগা লাইরিক তমহল্লসিরা খল্লী, ঐখোয় স্নাইগী নহারোলশিংসে মী ফত্তনে হা...... ফানি পুনগনি পাওস্নু তারিনে...... ।

তোম্বা : (য়াম্না কলেজা লৈনা) মাম্মা ঐখোয় খ্বাই ময়াম লৈরিবসিদি।

কমল : নখোয় খ্বায়গী মতেংদগী ঙসি বীনানা মকোক থোংবা ঙমলিবনি অদুবু মাম্মনা বি, এ, ফাওবদংদি আশা তৌরি।

তোম্বা : করিগীনো ? মাম্মা ! মীগী ময়ুমদা থম্লগা লাইরিক তমহনবা ফত্তেদা।

কমল : খঙদে, মবুংখোয় নখোয় খ্বাই তাম্নরগা তৌবা হায়বদুনি। অদু তোম্বা নংগী ঙা, য়েন লোইবদি খরদি কান্নবা ঙম্লিব্রা ?

তোম্বা : মাম্মা, নোংমদা ঙারোমদগী ২০০ য়েনদগী ৩০০/৪০০ রোম ফংই। অদু মাম্মা কুমসিসিদি শেল খরা পাইরে। বীনাগী "সংগী" অমা লৈননবা পৈশাদি ঐস্নু পাংসিরা খল্লি।

কমল : তোম্বা, ইবো ; 'সংগী' হায়বদি করিনো ?

তোম্বা : মাম্মা অদুফাও খঙদ্রা ? মাম্মাদি লাইরিক লাইস্নু খরা হৈরীবনি সঙ্গস্নু অচৌ অশাং তিন্নরিবনি। অদুবু খঙদ্রা মাম্মা ?

কমল : খঙদদুনা হংবনি তোম্বা।

তোম্বা : হেরা মাম্মা ; হন্দক্তা খোরকপা য়াম্না য়াংবা চাগী মানবদো ইস্কুটরদোনা তৌবদো ।

কমল : হেরা তোম্বা মহুদি "সন্নি" হায়বত্ৰা ?

তোম্বা : হোইনে মাম্মা ; করি ওইনা তাকুবগে ?

কমল : হা—হা—হা, ( নোক্লগা ) তোম্বা ইমাক্কী বাসিদি মাম্মা, য়াম্না নুংঙাইরে। পেল্লে, পেল্লে; নখোয় খ্বাইগী মতেং লৌবা হায়বত্নি, নং নচনম্নুপীগা ৱারী শারম্মু ফমলম্মু ; মাম্মা অরাংগী নংগী মাম্মা তোমালখোয়দা ঙাইহাক্তা থবক অমা চৎলুখিগে ; য়াম্না থুরক্কনি ( থোকখিবা মতাংসিদা তোম্বা মাগী ফিজোল ময়ামত্ব শেমজিন-শাজিল্লি য়াম্না লেম্বগী মওংদা জ্ঞান তাবা শাত্বনা মমাই মমিৎ নাম্থোক্তুনা খর পুংফম য়েংত্বনা মতমসিদা বীনাস্থ মাগী মতৌদা মিৎ চান্ন-রুবদগী ) ।

বীনা : তাতোম্বা ! ঙসি ওন্থোক্তা পোজ তাইয়ে, পাইজনা অরাও-বত্বগা ফুরিৎ মতাত্বগা ( য়াম্না শুপ্পা ফুরিৎ ) কোক্তা য়েংলিবা কোকয়েৎতুগা নেপালী হনুবা হেক মান্নদনা··· ।

তোম্বা : ই—! বীনা ; ঐগী ফুরিৎসে তরং উপুদা মতম কুইনা পোত্থাত্বনা লৈরুরবা। পাইজমাসিদি ওন্থোক্তা শেৎপা নুং-ঙাইখ্রে, নত্তে নংবু য়েংবা ইসুং নুংঙাইত্রব্রা ?

বীনা : ( নোক্লগা ) তাতোম্বা ! নংবু পাখংনিকো ! পাখং !

তোম্বা : ঐ পাখংনি কৈদৌরবগে ? ঐবু পাখং মান্দ্রব্রা ?

বীনা : ( নোক্লা ) মান্দ্রে, ইবুংঙো ; মান্দ্রে ! পৈশা হায়রা পাই-রিবনি, খোংগ্রাও ফজবা, কোট-কা শেৎতুনা সুট তৌও ইবুংঙো, পাখং মানজখিদ্রে ।

তোম্বা : ( তপ্পা হাদনা ) চুম্মী ! বীনা ; নংনবুদি ঐবু ফজহন্নীংত্বনা··· অত্বদনে······ ।

বীনা : তাতোম্বা !

তোম্বা : বীনা, ঐবু আজকালগী মীতৌ তম্মু হায়রীব্রা ? ইবেম্মা ? নংনা অনৌ-অনৌবা পাম্বসিনা, অনৌবা পাম্লবদি আ— ইম্ফালদা ওংব্রোদনা...... ।

বীনা : তাতোম্বা ! নংগী হৌনবী হৌরকঅদৌনী কোচি থাংবা ব্রাডাংশিং ।

তোম্বা : ( য়ান্না থৌশাদনা ) কৈদৌরুনী ! ইম্ফাল মচাগী মতৌ ; লাইরিক্তি হৈত্তনা ফুরিৎখাওদা কলম থেৎপা, খুদাংদা ঘড়ী শীবা ; মাইদা আনোক উপ্পা মত্তুদি শুকপাম পামজদে ইবেম্মা পামজদেনে...... ।

বীনা : হোইনে, হোইনে; ইবুংঙো ! বাচুম শুবা ; হৈমন শিংমন্দুনা হয়েং নঙোন্দা লৈবা মুপীত্থ চাবা ফাওবা মনিং থুংলোই-দৌরিজাৎনি ।

তোম্বা : ( নোক্লগা ) ইস ! মানা ভাব ফবীরদনা— ।

বীনা : অওইবনি, অওইবা ; ইবুংঙো ! মখাগী অঙৌ অরিকপনা মাগী মুপীনা হরাইজার লুপা ২ গী লৈরুবদা য়াম্মল্লি হায়দুনা খাইনখিবত্থ নংস্থ তৌদৌরি— ।

তোম্বা : ঐবুদি করিস্থ হায়বীরোইয়ে । ঐদি মুংশা থীবীরিয়ে ঐখোয় খুলগী ইম্ফাল পাখং পাম্বা লৈশাবীশিংসে ।

বীনা : ইবুংঙো, ঐদি পামজদে । শুকপাম পামজদে ।

তোম্বা : হায়ন্নুদা বীনা হৌখিবা য়াওশংদা য়ামহা তোংদুনা লাকপা ইম্ফাল পাখং খরগা হা-হা-হা...... ।

বীনা : অদুবুদি ইমান্নবীশিংনা য়াদদুনা শেল মুল্লুবনি । মখোয়না লৈবা শিংজু-বোরাত্থ চারুদ্রবদি ফজদে হায়দনা...... ।

তোম্বা : হেক্তা চারুবগী বানী...... ।

বীনা : অদুবু কৈদৌরবগে তাতোম্বা !

তোম্বা : ইম্ফাল পাখংগী শিংজু-বোরা চাবদা পুক শাওগৎলোই হায়বা লৈত্রবনি ইম্ফাল পাখংনিদবু হায়রবদি ঐখোয় খুলগী

লৈশাবীশিংসে মতিন কুট-কুট য়েৎনরিবা, চেকশিনজো, বীনা, ইম্ফাল পাখংশিংনা ঐখোয় খুলদা লাকপসে, লমজাও খোংফম শৈহেক হায়বতুনি ; লম্বী চৎপা কনাগুম্বনা লম্বীদা হৌরম্বা লৈত্রু পং হেক থদৎপীবা নাপ্পবা চিনগে হায়নস্থ খল্লুদবনিনা মথুৎনা খরা পাইরগা মনম খরা নম্নগা উফুল্লক্কো হেক্কা হুন্দোকপীবা চেকশিনজো বীনা— ।

বীনা : তাতোম্বনা য়াম্না খঙজিনবগী ব্লানীনে ।

তোম্বা : বীনা নংসু ইম্ফাল পাখংগী লাংদা থুজনি ( চৎকে তৌই )

বীনা : ( শোন্থাংননা ) হাইমা তাতোম্বা য়ান্না শাওরব্রা ?

তোম্বা : শাওবগী ব্লা নত্তে, নুংশিহুনা হায়বীবনে ।

বীনা : তাতোম্বা নং ঐবু নুংশিব্রা ?

তোম্বা : নংনা, ঐবুদি করিনী হায়না খনবগে ?

বীনা : ব্লাকোই ঙাংগনু তাতোম্বা— । নং হান্না হায়খোনে ।

তোম্বা : ( য়াম্না ব্লারৌনা ) নং হান্না হায়খোনে বীনা মহুগী পাও-খুমহুদি নহান চাক চান্নবগী নুমিদাংদা ঐনা হায়খ্রবহুদি । ( মতাংসিদা রাম চংলকই ) ।

রাম : তোম্বা— । নং লাক্লম্মী । বীনা বাজীদি— ।

বীনা : চৎথোকখি !

তোম্বা : দাদা— । ঐ কুইরে মাম্মনা বীনা মতোমতা লৈবসিদা লৈমীন্নরম্মু হায়তুনা...... দাদা লাক্লবনিনা ঐ অমুক চৎখ্রগে । য়েন মচিঞ্জাক থাকপা মতমস্থ ওইরে । বীনা অমুক চৎলগে ( চৎখিবা )

রাম : ফরে, ফরে ; তোম্বা । য়ৌরো, য়ৌরো ।

বীনা : তাচৌ ঙসাই পুলিশ ইন্সপেক্তর কুমার লাক্লম্মী । তাচৌবুস্থ হংলম্মী ।

রাম : করিগীদমক মানা কেশ অসিদা থব্লাই অস্থক য়াওরিবা ? ঙসিগী ওফিসার মচা মশুশিংসে অচুম্ববু লুপা পৈশানা

য়াবদোনা ঙসিগী পুলিসসিংসে অচুম্বা থক চৎপা ঙমদ্রব্রা ? লুপা পৈশা ওইজবদা লৈবাকসে মাংবা তারেনে।

বীনা : তাচৌ ঐ চাকখুম ঈশিং শোকল্লুখিগে, কুমারনা বাজিগস্তু ৱা থরদি ঙাংনখিবনি। ( চংখিবা )

রাম : নং তামো শ্যামগী কেশকী ওইরিনি। ( কমল চংলকই )

কমল : ইন্সপেক্তর কুমারনা নংগী মরুপ শ্যামগী কেশকী ৱাফম থরা······।

রাম : পাওতু ঐস্তু লম্বীদগী তারে। বাজি অচুম্বগী দমক্তা ঐখোয় খ্বাই লৈরী হায়তুনা শ্যামনা চাওথোকচবনি।

কমল : চুম্মী ! হন্দকী কেশ অসি অরাইবদি ওইরোইদৌরি শ্যামনা চুম্মী হায়বসি মীপুম খুদিং থংনৈ। অতুবু লুপা পৈশাগী শক্তিগী মরক্তা লুপা পাম্বা ঙসিগী ওফিসারশিংনা অচুম্বতু নাথৈতুনা পুখিদৌরি।

রাম : বাজি। হন্দক্তী শীরবা ফাওবা অচুম্বগীদমক্তা লেপ্লগে থল্লী।

কমল : মতু ঙসিগী সমাজসিদদি অপংবা তারকই। অতুবু নংস্তু মুণা থল্লু ঐস্তু থল্লিবনি শ্যামগী মপা-মমাগী লোয়ননা মখোয় ঐখোয় নরুবা মরি······।

রাম : ঙসিদি ইন্সপেক্তর কুমারনা ঐঙোন্দা লুপা পৈশা শক্তি পুন্নমক্কী ৱাফম পল্লি— অতুগা অমুক মুক্তুনস্তু······।

কমল : মতাংতুদনি য়াম্না লুরিবদি, হৌজিক্কী মতমসিদা মী অমা হাৎপগী করিস্তু লৈতনা লৌনরবসিদা। অম্ভ বীতুরনদি করি করি হায়রি।

রাম : মতু পুন্নমক বীতুরনা শিনবা ঙাক্তনি। ইন্সপেক্তর কুমারস্তু মানা থাজিল্লকইবনি।

কমল : মী ফত্তবগী হিদাক থক থিবা কংলোই। য়াম্না চেকশিন-গদবনি।

রাম : লাইরবা শঙ্গ লৈজদবা কয়াবু উশিং থওইদবসিবু করিগীনো ? বাক্তি হুন্দক্তি য়াদে হায়বসি থওহনবা তাই, থরাই থাবা কাওবা, লানজত্রবা শ্যামগী অমদি মরূপ-মপাং অমা ওইবগী হোৎনফম থোকপা য়েংনবা তাই। শ্যামগী অমদি ঈচল শাস্তিগী পুন্সিবু কনবা হায়বসি ঐগী থৌদাং ওইগ্রগে বাক্তি।

কমল : ফরে, ফরে ; ইচাগী রাখলনবু অতু য়েৌগ্রবদি ইপাসু খাম-জরোই য়েংনবা তারেদনা। ইপাসু এস পি, ভুবন উনগে হোৎনবা য়াবা হোৎনবা তাই।

( মথং মথং ইমুংদা চংখি )

( Short Interlude Music )

# মঙাশুবা উৎপা

**মফম : বীদুরগী য়ুমগী মাঙ্গোল মতম : অয়ুক্কী পুং ১১**

[ মতমগী চপ চাবা লৈতেংনি, শঙ্গ ভোবা মীশক অমগী মওংদনি। বীত্তুর খুদাং ঘড়ি য়েং-য়েংহুনা থোরকই মশা য়াম্না নাননা ]

বীত্তুর : করিনোনে ! ঐগী ঘড়িসিবু লাল্লবজাংলা ? হৌজিকফাওবা মহাক লাক্তরিবা ওসি লাকনি হায়রকপনি। নত্তে ! হন্দকী ঐগী কেশ অসিবু ইন্সপেক্টর কুমারনসু ঐঙোন্দগী লৌবা য়াবা পৈশা লৌখ্রে। করিগুম্বা শোইকা থোক্লকদি। পুম-নমকসি চিংনদবা ওমজে পুলিস হায়বসিদগী মুম্বিৎলৈগুম্বনি মতম মতমগী খুদোংচাবা য়েংহুনা............ ( মতাংসিদা

গাড়ী লাকপগী মখোল তারকই। খামথিবগী মখোলসু তারকই)

কুমার : ভাই, বীতুর!

বীতুর : (ছরাওনা) লেংশিনবীয়কউ! ঐ ভাইজরিবনি মনুংদা লেংশিল্লসি।

কুমার : য়ারে! ঐ কুইনা পম্বররোই।

বীতুর : করিগীনো? অতুক তহা তহারিবা?

কুমার : পাও তাদ্রিব্রা? হৌজিক ফাওবা—।

বীতুর : করি পাওনো?

কুমার : নংগী ননাও শ্যাম, জেলদগী নাম্থোক্লুনা চেনব্রে। অতুগী পুলিস ময়াম খা, অবাং খঙদনা কোইচেন চেনখিবনি ঐসু খোবাল ও, সি, গী মনাক্তা অরুবা অমগীদমক চৎচরুবনি।

বীতুর : হায়রিসিবু করিনো, মঙগুম্বা ওাক্তা ; জেলদগীবু—।

কুমার : ঐখোয়সু ওকই, মতৌ করম্না জেলদগীবু নাম্থোকখ্রিবা?

বীতুর : ঐ মতম ফনা কুইরে চীংনরকপা ইন্সপেক্টরখোয়গী পুলিস ডিপার্টমেন্ট অসি শ্যামগী মীচংসু ফনা য়াম্না লৈবা উই।

কুমার : খঙব্রে! মাগী মরুপ রামসিংগী মপা কমল শঙ্গ তৌবা মীশকনি, রামসিং য়াম্না থম্মোয় চাওই। হৈ শিংবা লোইননা মরিল কৈ। অচুম্বগীদমক শিবা কিদবা, ওসিগী হোম পাইরিবা মিনিষ্টরগা য়াম্না লুনা ভিন্নজবা মীশক অমসুনি।

বীতুর : হোম মিনিষ্টর দেবেন্দ্রগীদা ঐসু চৎলুরে। মাগী মতসু শ্যামগী মীচং ওইনা.........।

কুমার : চুম্মী! মতুসু খঙনিঙাই ওই। রামসিংগী মপা কমল শঙ্গ তৌই এস, পী, গা লুনা ভিন্নজবা মীশক অমমি।

বীতুর : হন্দক্কী কেশ অসিবু শ্যাম অমসুং কদরবাবু অনিগী মরক্তা করম্বনা মীহাৎপনো? মীয়ামগী বাহংনি ঐগীসু অনিমক চিংনবা লৈ।

কুমার ঃ মরমদু ওসি পুলিস ডিপার্টমেন্টতা য়াম্না কুপ্পা নৈনরী। অনিমক চিংনবা য়াবা খন্নবা য়াবা ৱাফমনি।

বীতুর ঃ মরমদি, সার—!

কুমার ঃ শ্যামগী মপা শিখিবগী কেশ ৱারী নিংশিংনুরগদি শ্যামসু খরা চিংনবগী...... লোইননা মপাগী মীশি পুলিস ডিপার্ট-মেন্টকী মীওইশিংনা য়াম্না কুপ্পা খঙই।

বীতুর ঃ পুলিস ডিপার্টমেন্টনা করি খঙবা ?

কুমার ঃ শ্যাম মপা শিখিবদি চিঙ্গাক্তনি।

বীতুর ঃ ফুট পোইজন ওইদুনা শিখিবনি হায়বগী চপ চাবা রিপোর্ট ইদুনা লৈব্রে।

কুমার ঃ নুমিৎ অদুগী চামিন থকমীন্নবদা য়াওবা বাবাখোয়গী করবার তৌমিন্নবা কিয়াম সিফাইগী তোলেন, থৌবালখোংগী চাও-থোই, অগর বীজয় পুম্নমক অদুদি ফুট পোইজনিং ওইদ্রগা অথন্নবা শ্যামগী মপা.........।

বীতুর ঃ চিঙ্গাকা মশাগা চান্নদবা।

কুমার ঃ হোইনে, হোইনে; অমবু ওইরে অমবু ওইরে য়ারগে। ভাইখোয়সু চেকশিনহৌদবা হায়বদুনি।

বীতুর ঃ করিগী—

কুমার ঃ চান-থরুবশিংদু হেক হুন্দোকপীরম্লবদি ফবা মতুদা পুলিস হান্না কৌবদো ওসিদি লোইনা নিংশিংনরকই। পুলিস হায়বসিনদি ঐসু অচেংবা য়েংদুনা করি হায়বগে ?

বীতুর ঃ কুমার সাহেবনা হায়বীরিবসিবু অদুক কুইথবা কেশ অদুবু অমুক......।

কুমার ঃ মমাংগী ইতিহাস নৌনা থিগৎনরকইবা।

বীতুর ঃ ( চিংনবগী মওংদা ) হায়রিসিবু ভাইখোয়গী পুলিসশিং-সিদি......।

কুমার ঃ করিমতা চিংনবীরুনু। ঐ নৈজরি তৌবদবু হায়জবনি...।

বীতুর : লোইনঞ্জবা অম্সুক কুইঞ্জবতু হৌজিক্তা ইনৌ নৌনা……

কুমার : কেশ অদু অমুকস্সু হৌগৎলকই। হৌজিকী এস. পি. ভুবন মতমদুগী কেশকী আই. ও. নি।

বীতুর : অদুগা ঙসিগী কেশ অসিগা করি মরি লৈনদুনা!

কুমার : পুলিসকী হৌনবীনি, মতম অদুস্সু ঐনা এস. আই. ওইনা ঐগী সার ভুবনগী তুং ইনজখিবনি।

বীতুর : ও! ও!. চুম্মীনে চুম্মীনে।

কুমার : মতমদুদা ঐনা কৈগাক ফৈনা পুরমদ্রবদি………।

বীতুর : ঐ ৱাখল অমরোমদা খন্তরুরে……. ;

কুমার : মতমদুগী কেশ অদু নখোয়গী খুজিন থৌরাংনি হায়বা ওফিসতা ঙাংনরক্লিবনি অদুবু………।

বীতুর : চুম্মী! মতমদু সার কুমারনা তৌবীখিবা ঙাক্তনি খঙবা তারবস্সু অতৈদি কুপ্পা খঙলোই।

কুমার : অতৈস্সু খঙনবা ঙাক্তনি মতমদুগী ঙম্ন-ঙম্নবা -- ……।
পুলিসকী মীনবু খঙদে হায়ব্রা? খঙনা উনা মতম মতমগী য়ানবা হা করি কায়বগে……।

বীতুর : অমবু ওইরে, অমবু ওইরে; পুন্নমক সার কুমারখোয় পুলিস ডিপার্টমেন্টতা লৈরি হায়দুনা ঐখোয়না চাওথোকচরিবনি লুপা পৈশাগী দরকার লৈরবস্সু তাকপীয়ু।

কুমার : হন্দকী কেশ অসি, পুন্নমক চিংননিঙাইনি। কদরবাবু কেশ ৪/৫ রক লাক্রম্মী মাগী জবান্দগী নংগী ফাডরনা লুপা লাক্ষ ৪/৫ ফাওবা য়াওখি হায়না পাউখুম পীখি। অমরোমদা অনকপা অদুৱাইগী মীশিংনা উহৌবদি কদরবাবু ফাডরগা ৱারী শামীন্নদুনা পুন্না চৎমিন্নখি অসিনি। অদুবু ঙসি ফাওবা লুপা অমা ফাওবা ঐখোয়না রিকোভর তৌদে।

বীতুর : ঐনা য়াম্না থাজবদি; শ্যাম অমদি বাবা লৌ-ইঙ্খোলগী মরমদা খরদি ঙাংনখিবা লৈ।

কুমার : শ্যামগী মফমদগী খুৎলাই অমদি লুপা অমফাওবা ফংদে অতুগা হুন্দক কদম বাবুনা ইকুই কুইদনা হার্ট ফেল ওইদুনা শিখিবসি থোইনা চিংনবা য়াবা মরম লৈ।

বীতুর : য়েস — ! অমবু ওইরে, অমবু ওইরে ; ইন্সপেক্তর কুমারনা পুন্নমক ফনবা শিনবীদবা য়াদরে। ঐদি থরায় অাস চাকথ্রবা ঐগী ইনাও শ্যাম ফাঁসি তৌদুনা হাৎপা, মাগী ইমুং মনুং তুম্না মাংহনবা ; ( মতাংসিদা য়ুমলোন্নবদগী শান্তিনা রামসিংবু কৌবগী মখোল তাবা )।

শান্তি : ( বেকগ্রাওন্দদগী ) তামো তামো রাম ! শীংতু কেম্না খাইরো, লাকও চাক হান্না চাখিসি চাক লোইরবনি।

রাম : লাক্লগে, লাক্লগে ; লোইদোরে, শাবনকাতু অমুক্তা পুথোক-রকউ শান্তি।

কুমার : ( ঙক্লা ) কনানো ? শান্তি নত্রা ?

বীতুর : মানি, মানি ; অফাওবীসে ঈচননি হায়বা ফাওবা ইকাইরে। রামসিং হায়বসি মবুং তিন্নরগা — মখোয়গী মওং মৎৌসে থাংনা ককতুনা হাৎনিংলে।

কুমার : শাওরুনু, শাওরুনু ; অমা লোইদ্রিঙৈ অমা অমুক পুনা থাংবা ঙমজরোইকো।

বীতুর : মীৎ নারবনি মখোয়গী লমচৎ-শাজৎসে।

কুমার : হায়রিসিবু য়াম্না ওক্তুবা জাৎলা ? লম হেন্দ-হেল্লগা শাখি ওইনবা মী ২/৩ দং থোন্নগা খুদক্তা ফুগাইয়ু মখা তাবদি পুলিসকী মাইকৈদা ঐ অমা লৈজরে।

বীতুর : মতুদা লুরিবদি, চিংনবা য়াবা প্রমান অমত্তা ফংদবনি। চুম্না ঐনা নুংঙাইজদবগী বানী।

কুমার : মখোয়গী য়াম্না কুপ্না মরম খঙদোকপদি মবুং অমসু ওই-বিরিবা বীতুর সাহেবকী মথৌনি। করি হায়বগে।

বীতুর : থংদে শান্তি অমদি রাম মিরুপ অমা থানদে। রাম অয়াম্বা মতমদা তানজা য়েংনা ময়ুমদা হল্লী করি করিগুম্বদা অহিং অথেংবা ফাওবা·········

কুমার : মবুং অমসু ওইরিবা বীতুর সাহেবনা খুং থাবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়গী করি উপায়·········।

বীতুর : ঐসু ইপা হাংখিবগী লমনদি শিংবা পাম্মী। মবুং মীফম অতুগী মথক্তা শিংবমক ঙমদ্রবসু মচনচুপীসি হাংতোকলসিরা খল্লিবনি।

কুমার : অতু ওইরগনা থরক ওইনা হেক পাংথোকপা তাবা। অতুবু য়াম্না লুরিবদি জেলদগী নাম্থোক্কুনা চেনখিবা শ্যাম······

বীতুর : শ্যামনসু ঐবু হাংনবা শোরদনা হোৎনরক্কনি মথৌনা লৈবনি মরিল ফবনি।

কুমার : শ্যামবু হিংনা নত্রগা শিনা ফাদদা সরকারগী লুপা শোইদনা ফংগনি। শোইদনা নোংমা নিনিগী মনুংদা লাওথোক্লনি।

বীতুর : মতুগী মনা মথুমসু লৌবীয়ু। ঐগী খুজিনগী তুমসু লৌথোকপীয়ু ঐনা অঙম্বা লুপা পৈশা তেংবাংজগে।

কুমার : হোৎনমিন্নসি পুন্নমক য়াই। রারীসু ফনা শাংনা শামিন্নরে অতুদি ঐসু অমুক য়োৎগে। শ্যামবু ফাদবা য়াদ্রবনি।

বীতুর : (ফুরিৎখাওদগী পৈশা মপুন অমা লৌথোক্লগা) পুন্নমক মাই পাকহনদবা য়াদ্রবনি। লুপা পৈশাগী মথৌ ঙাক্কনি। মসিদংদি পাইবীখ্রো। লুপা লিশিং ৫ নি (পীবা)।

কুমার : (পামদবা শারদনা) হেরা পৈশাগী মথৌদি মতম নত্রি হয়েং মতাং অমা লাক্কনি।

বীতুর : মতাং অতুগীসু অমা লাক্কনি (নমতুনা ফুরিৎখাওদা হাপখি)

কুমার : (থোক্লগা) চিংনগনু, ঐ নৈজরিদা। ঐগী অঙম্বা শক্তিসু ময়েংবীয়ুদা।

বীতুর : ঐসু অসুম থিনদোকচগে।

(মথং মথং থোকমিন্নখি)

Short Interlude Music.

# তরুকশুবা উৎপা

**মফম : কমলগী য়ুম  মতম : অয়ুক অওনবা**

[ তোম্বা য়াম্না বাখল নুংঙাইনা ঈশৈ মতেক মতেক ঙংদুনা চংলকই। মশা মতোমতা মোমোন তৌরকই চপ লেপই ]

তোম্বা : হো মাম্মা, মাম্মা! মখোয় ইমুংসিবু কনা অমা লৈতবা জাৎলা ঙসিদি, বীনা অমুক্তা উন্নদুনা বারী শেংদোক্ল-দ্রবদি, ঐবু অহিং তুম্বা য়ারোইদৌরি, করিগুম্বা বীনানা ঐবু থাদোক্লুনা অতোপ্পা মুপা অমদা চৎথ্রবদি ঐদি পুন্নমক মাংজরেদনা। ( মতাংসিদা বীনা ইমুংদগী থোরকই )।

বীনা : তাতোম্বা! লাকলম্মীবরা?

তোম্বা : হোই, বীনা! ঐ কোইরম্মী ( য়াম্না থৌশাদনা )

বীনা : কনাদা কোইরম্মীবা!

তোম্বা : নহালমখৈ খঙদ্রা? বীনা নং;

বীনা : করিবুনো তাতোম্বা?

তোম্বা : ঐনা মুমিৎ খুদিংগী নখোয়দা লাকইবসি মদু নং খঙদ্রো?

বীনা : মুমিৎ খুদিং তাতোম্বা ঐখোয়দা লাকই, ঐ খঙই ঐ উই।

তোম্বা : ঐনা নহালমখৈ নখোয়দা লাকইবসি বীনা নং করিমতা ভাব তাদ্রা?

বীনা : তাতোম্বা—! নোংমা কাংদনা ঐখোয়দা লাকই; ঐসু খঙই, উই; বাজিগসু বারী শান্নৈ, ঐখোয় অনিসু বারী শান্নৈ।

তোম্বা : বীনা নংবু ঙাওব্রা? ঐ পাখংনি, পাখং! নংনা লৈশাবী নখোয় বাজিসিবু ঐগী ইমান্নব্রা?

বীনা : তাতোম্বা কনানা পাখং নত্তে হায়বা য়াওথ্রবগে?

তোম্বা : ঐনা নোংমা কাংদনা নখোয়দা লাকইবসি, নংনা ভাব তাদ্রবদি ঐদি মাংজরেদনা?

বীনা : মাংজরিবসিবু করিনো ? তাতোম্বা ?

তোম্বা : লাইরিক হৈবীশিংসি য়াম্না পঙইনা, ঙসি ফাওবা ভাব করিমতা তাদরা ? ঐনা নখোয়দা তোইনা লাকইবসি নংবু কোইরিবনি কোইরিবা ?

বীনা : অস ! তাতোম্বা— ! ব্রাসিদি লম য়ৌশিল্লকইনা, অতুবু অচুম্বরা ?

তোম্বা : ( শকফম হল্লিন্দুনা ) বীনা ! অচুম্বনি অচুম্বা ! ঐনা নংবু কোইবসি ঙসি ঙরাংগী বা নত্তে ; য়াম্না কুইরপোৎনি, বীনা ! ঐদি নংসে য়াম্না শিংবনি লাইরিক হৈবীনী জ্ঞান তারমগদ্রা ? হায়রগা নং য়াম্না পংইনা ।

বীনা : তাতোম্বা ! অপংবী ঐসে কোইবীরুরন্নু ।

তোম্বা : ইস ! করি রানো ! নংবু ঙম্বু ঙম্মী বীনা ! মতম অস্তুক শাংনা মাংলদবু, নং কোইদ্রবদি কনা কোইরুনী হৌজিকপু ।

বীনা : ঐঙোন্দগী হেন্না শিংবী, মশক মতোম্ন ফজবী লাইরিক লাইশুম্ন য়াম্না হৈবী মখারোমগী থোইবীতুম ঐ ঙাংনবীরগে ?

তোম্বা : হৈ ! মাদি পামদে, মচিন কল্লি, কিজৈ ইশৌ লাংই ।

বীনা : তাতোম্বনা ঐবু পংই হায়রিবতুদি— ;

তোম্বা : ইবেম্মা— ! পংলবস্নু পংনা ঐদি নং শুম কোইজরগে ।

বীনা : তাতোম্বা কোইবুদি কোইয়ু ঐদি মখা লাইরিক তম্বা তারি লাইরিক তম্বা লোইবা ফাওবা ঙাইবদি ঙমগদ্রা ?

তোম্বা : চহি কয়ানো ? বীনা ঙাইরম্নু ঙাইবা তারেদনা নংনা ঙাইয়ু হায়বনিনা ।

বীনা : য়াম্বা চহিবুদি নত্তেদা, চহি ৫/৬ থক্তনি ।

তোম্বা : ( খঙনা ) ইস চহি ৫/৬ ।

বীনা : অতু হন্দক্কী চহিসিদগীদি ঐম্নু কোলেজ অনকপা অমদা ইম্ফালদা লৈরগা লাইরিক তমলুসিরা খল্লী ।

তোম্বা : (থবাই য়াম্না নুংঙাইতনা পেরদুনা) বীনা নংসে, করিগুম্বা ইম্ফালদা লৈদুনা লাইরিক তম্বা চৎপ্রবদি ; খুঙ্গং মচা ঐবু কাওথোকপ্রগনিকো ।

বীনা : করিগী কাওরুগদগে, তাতোম্বা ! তাতোম্বনা নোংমা চাক চান্নবগী থরোই চুপ্পদা ঐনা নোকখিবদো ঐদি পুন্সিদা তাতোম্বা খক কাওরোই ।

তোম্বা : (হরাওনা) নুমিৎ অদুদা ঐনা নঙোন্দা হায়খিবদুদি, ঐদি ইকাইবীদে ঐখোয় অনি অমত্তনিনা, অদুদা নংনসু হোইনে তাতোম্বা হায়খিবদাই ।

বীনা : তাতোম্বা ! করিগুম্বা ঐনা ইম্ফালদা লাইরিক তম্বা চৎপা তারবদি নুমিৎ খরনি ৱালিঙৈদা চাক চরা অমা হাওনা চামিন্নসিকো ।

তোম্বা : বীনা ! মদুগী চাক চান্নবদো ঐদি য়াওবা ঙমগদবা মান্দে ।

বীনা : তাতোম্বা ঐবু তশেংনা নুংশিবা ওইরবদি য়াওদবা য়াদে । নুংশিবীদ্রবদি খঙদ্রে ।

তোম্বা : নুংশিববুদি নুংশিবা ! অদুদা মদুগী চাক এঙ্গাংদো হাওগদবা মান্দে ।

বীনা : তাতোম্বা ঐদি নংবু য়াম্না নুংশি— ।

তোম্বা : ঐসু বীনা ! নংবু য়াম্না পাম্মী ।

[মতাংসিদা কমল য়াম্না শাওনা নুংঙাইতবগী মওংদা চংলকই]

কমল : বীনা ! বীনা ।

বীনা : করি হায়বগে বাজি ! ঐ সিদা লৈয়ে ।

কমল : তোম্বা !

তোম্বা : মাম্মা, বীনা ঐসু চৎলগে ।

কমল : চৎলো, চৎলো ! (তোম্বা চৎখি) নংগী তাচৌদু হল্লকত্রেনে ।

বীনা : ঙসিগীদি হল্লকত্রি বাজি ।

কমল : হল্লক্লরোই, হল্লক্লরোই ; মীনা ভাংনরিবসি চুমগদৌরি। ঐবু লৈকাই মমাংদা শিবনা হেন্না ফরে। মহাক্না ঐগী ইজ্জৎ পুন্নমক মাংহনগদৌরি—।

বীনা : করি অমুক তৌরগে, কনানা করি অমুক……।

কমল : মা য়ুমসিদা অমুক্তংদি হল্লকখিনিদনা! এস, পি, ভুবননা নং তাচৌবু ওন্থোক-ওন্থোকপা ৱাবু হায়রকই। মপা ঐগী ইজ্জৎসু য়েংদবা ; ঐগী মোৎ কাই করিমতা লৌদেদা ঐগী ইচাশিংসে (মতাংসিদা ইন্সপেক্তর কুমার চংলকই) লেং-শিল্লকউ, ইবুংঙো, কুমার।

কুমার : খুরা ইবুংঙো কৈদৌনরবগে?

বীনা : চৌক্রিসিদা ফন্বীয়ু। (ইমুংদা চংখি)।

কমল : নুপীমচা বীনা চা গ্লাস অমা হাওনা শেমলকউ নংগী তামো কুমারগী।

কুমার : নুপীমচা! চাদু শেমলুরনু ; খুরাইবুংঙো নচা চা থকচদে। য়ারে উন্নবা ফংজরিবসিনা ঐদি উন্নবা ফংলরোইদ্রা হায়দুনা—

কমল : অদুদি ; করিনা সেবা তৌনি, ঐগীদা লাকথোক্তনা লাক-পীবদি করি করি তাকপীগদবা, ইবুংঙো ইন্সপেক্তর—

কুমার : খুরা ইবুংঙো, খঙদ্রে, করিবু হায়না হায়গদবনো ; রামশিংগা পুন্না ৱারী খরা শান্ননিংদুনা কোইথোকচরকপনি মশাবু লৈবসু উদে।

কমল : রামসিং মশা য়ুমদা লৈতে, তাকপীয়ু, করি করম্বা ঐথোয়গী থৌদাংনা ইবুংঙোথোয়গী কান্নগদবা……।

কুমার : খুরা-ইবুংঙো ; অমদি রামসিং অনিনা শামবু ফাননবগী লংলা-লংজিন পুথোকপগা লোইননা সরেন্দর তৌহল্লবদি সরকারগী মাইকৈদগী মনা লুপা লিশিং তরা মতেং ফংবা য়াই।

কমল : মতু পুন্নমক ঐখোয় খ্বাইগী লাইবক ফবনি। শ্যাম ঐগীসু ইচাগুম্বনি ; অতুদা মাগী লংলা লংজিন করিমতা ঐখোয়না খঙউবা লৈজদে। ঐখোয়সু ঙকই. মতৌ করম্না মানা জেলদগী নাম্থোক্কুনা চৎখিবা ?

কুমার : খুরা-ইবুংঙো! তাং ৫ গী নুমিদাংরাইরম রামশিংগা জেলদা উন্নখি মিনিট মঙা-তরা ৱারী শান্নখি। অতুগা শ্যামনা জেলদগী নাম্থোক্কুনা চেনখিবনা তাং ৭ কী নুমিদাংনি···।

কমল : শ্যামনা জেলদগী নাম্থোকখিবগা, ঐখোয়গা করিসু মরি লৈনদে, খঙদে।

কুমার : চুম্মী! লৈনরমদবা য়াই, অদুবু সরকারগী মাইকৈরোমদা চিংনবগী ৱাফম অমদি ঙাংনবা······।

কমল : ঐখোয়না মীচমনি ; করি ইতিক লৈতুনা······ ।

কুমার : মতম শাংনা ইমুং-মনুং ওইনা লোইনরকপা. তিন্নরকপগী সরকারগী মাইকৈরোমদা চিংনবা অমদি লৈ, মথা তাবা খুদোংথিবা খুরা-ইবুংঙো খরা চেন্নগদ্রা ? খন্দুনা লনাই ওইনা খঙন-চান্নবগী তান্নজবনি।

কমল : চুম্মী! ঐগী ইচা রামসিং অমদি ঐনা ইবুংঙো শ্যামগী কেশ কয়াদা থৱাই য়াওনা হোৎনৈ। মতুমদি য়াম্না চুম্নবা ৱাফম্নি। শ্যামনা জেলদগী নাম্থোকখিবগদি মরি লৈনদনাল্লে খল্লী।

কুমার : ৱাফম অমনা রামসিং অমদি মচন শান্তি অনিগী মরক্তা তোঙানবা মরি অমা লৈনবগী ৱাফমসু ঐখোয়গী ওফিসতা কন্না মঙাংনৈ মরমতুনা তশেংনা রামসিংনা মবুং শ্যামগীদমক শিবা কিদনা হোৎনবনি, মসিমসু মঙাংনৈ হায়জরিবা—।

কমল : (য়াম্না ইকাইবগী মওংদা) খঙদে ইবুংঙো—! নহা মশেন্নীনা·········।

কুমার : খুরা-ইবুংঙো ঐখোয় শকখঙ-মাইখঙনবগী তান্নজবনি ব্রারৌ-বীরোই সরকারগী মাইকৈদা ঙাংনবা কয়া অতৈ কয়া তাজ-বদগী লনাই ওইনা নিংশিংজবনি। অদু খুরা-ইবুংঙো ছয়েংসি ওফিস মতমদা অমুক্তং লেংথোপীরকউ ঐখোয় এস, পি, না ব্রারী খরসু শান্ননিংমাল্লে।

কমল : ফনি-ফনি ইবুংঙো! মতাং চাবদা লাকচবা ঙমব্রা য়েংজগে।

কুমার : অদুদি! খুরা-ইবুংঙো, ঐস্তু য়ৌজখ্রগে। (থোকখি)।

কমল : (শাওনা) হৌজিক্তা এস, পি, উন্নবদদি হায়দেনা। মানা ঐখোয়বু শঙ্গ তৌদবা য়াম্না পঙবা মীশক ওইনা উরুর-মালে। নত্তে মীয়াম্না ঙাংনরিবা পুন্নমক অচুম্বা ওইবা তাই। ঐগী ইচামক্তা.........। মপাগী ইজ্জৎসু য়েংদবা, ঙসিদি য়ুমসিদা লাক্ত লাকখিসনু খঙগনি, কমল ঐগী ইত্তিক খঙহনগে; ওল্হোক্রা পেনখিদ্রেদা (ঙাংনা ঙাংনা ইমুংদা চংখি। মতাংসিদা রামসিং চংলকই)

রাম : বীনা! বীনা! নংগী তাচৌগী চাক পুথোরকউ। ঐ ঙরাংদগী চাক মরু অমা চাদরি। (বীনা হরাওনা চেন-থোরকই)

বীনা : (নোক্নগা) তাচৌ কৈদৌরবগে?

রাম : চাক য়াম্না লামলে, চাক চাদবা চরা অহুম শুরে।

বীনা : কৈদৌবগী চাদরিবা? ইচে শান্তিনা চাক হাপ্পীদ্রব্রা?

রাম : হাপ্লমগনি।

বীনা : অদুগা কৈদৌনা চাদ্রবা?

রাম : শংদবা! শংদবা!

বীনা : কৈদৌবগী শংদ্রিবা?

রাম : হৈ, অপংবী! নবুং শ্যামদো জেলদগী চেল্লকই খঙলবা নত্রা? মাগী (লোম্না ঙাংবা) লৈফম, লেকফম, চাফম থিবদা, মীনা খঙদনবা হোৎনবদা চাক হায়য়ে মীকুপ

অমা শংত্রিবনি নংগী তামো শ্যামনা জেলদগী চেস্থোক-লমত্রবা; অছু হৌজিক্তি য়ান্না লুরে।

বীনা : করিগী লুরিবা?

রাম : হৌজিক্তি কেশ অসি য়ান্না লুরে। মখা তাবা ঙাংন-শরুবা য়াদ্রে খুৎ-থাবা কয়া লুনা থোক্লে। ওস্থোক্লা জ্ঞান তাদেদা নংগী তামো শ্যামদো। অহুবু হৌরবদি হৌখ্রে, ফরে; হৌজিক ঐখোয়গী উপাই থিবা তাই, উকিল তান্নবা তাই।

বীনা : তাচৌ চাক চাখোকউ লাও ইমুংদা।

কমল : (শাওনা) চাক চাবা লাইরি। ঙসিদি রা খরা তশেংনা ঙাংনবা তাই।

বীনা : বাজি! তাচৌ চাক চাবা তোক্লগা ঙাংনসি, চাক য়ান্না লাম্লে হায়বনি—।

কমল : চাক কোন্না চাবা তাবা ময়েকী ময়েক ঙাংনবা তাই, নত্রে নং ঙরাং অহিং কনাগীদা লেকউই?

রাম : শ্যামগী অরোনবা মফম অমদা, ঐ মাবু উন্নবা চৎলুই, বাজি।

কমল : (শাওনা) নচিন থিগন্নু; নং ঐগী ইচানি শেংনা খুমউ। নংবু থাজবা পুন্নমক থমহুনা অশেংবা ইচানি খনবনি। নংদি মরুপ অমা ওইবগী মগুণ ঙাক্লা চৎপা ঙমদ্রবা?

রাম : করিনো বাজি? হায়বিরিবহুবো।

বীনা : তাচৌ! মীনা তাচৌবু ইচে………।

কমল : তুমিন লৈয়ু! নংনা ঐগী ইজ্জৎ য়েংদবা; শারমচৎ ওইবা লমচৎনা ঐবু লৈবাক মমাংদা চোপহনগদৌরি অসিন্না?

বীনা : তাচৌ—

কমল : হৈ! মবুংনিংবী শা অসি চাক পীজবা য়াদে চৎলু চাকতু হুই-য়েন্দা পীজখো। মপা-মমাগী ইজ্জৎ য়েংদবসিদি।

বীনা : বাজি! তাচৌগী মরালবু করিনো?

কমল : নংনা মরম খঙলোই ; শারমচং ওইবগী লৈকম-চাকম য়ুমসি মস্তে। ঐ নশক য়েংনিংদে চংত্রো চংলু।

রাম : বাজি ! ঐবু অমুক্তা ভাব তাহল্লু। ঙসি ফাওবদা বাজিগী অয়াবা য়াওদনা থবক অমত্তা তৌরকত্রি তৌখিদ্রি। ঐগী অকায়বা করিনো ?

কমল : তুমদবা মী হৌদোকপা লুবনি। ইচাদি চাওরে, মপা ঐগা লাম্বা য়ারে অসিরা ? ওহ ! মরুপ ! নহাক্কী নফমদা ঐদি পাপ লংশিনবা তারেদো। ঐনা ইচা চাওরগা ইচা-শিংগী মপান্দগী ঐখোয় নুংঙাইরনি খল্লুবা, ঙসিদি ইথক্তা ব্রজ তাবদগী হেন্না বারে।

রাম : ( চংশিন্দুনা খুরুম্মী ) বাজি নচাগী ইরালবু করিনো ?

কমল : ( শাওনা খুৎপাক্লা থাই ) নংদি শানি ; শাদি শাশিংগী লৈফমদা জঙ্গলদা লৈরুগদবা ; ঙসিদগী নং ঐগী ইচা নত্রে চংলু জঙ্গলদা।

বীনা : ( কপ্পা ) বাজি, তাচৌবু মফম কদায়দা·········।

কমল : ( শাওনা ) নুপীমচা বীনা ! ইমুং চংউ। নংস্থ নপা ঐগী রা ইল্লরোইদ্রা ? ( বীনা কীনা য়েংলম্নগা চংখি )।

রাম : ( কপ্পা ) বাজি ! ঐবু মঙ-মঙলে ; ঐবু ভাব তাবা ঙমদরে।

কমল : নংদি, মী মরক্তা লৈবা মখোং অনি পানবা শানি ; শা ! নংনা নচল শক্লবী শান্তিবু করিনী হায়না খল্লী।

রাম : ( ভাব তারদুনা মনা মেনশিন্দুনা ) বাজি ! ঈচনদি ঈচন্নি। মসি নত্তবা করি লৈরিবগে ?

কমল : নংনা মরাল লৈজদ্রবী, ইচা শান্তিবু বদনাম পীবীদুনা··· মবুং অৱাবা তাবদগী কনগে খন্দনা·········।

রাম : ( থৌনা উৎতুনা ) বাজি ! ঐনা ঙসি রাশকুনা হায়জরি ঐগী ঈচন শান্তিবু ঈচন অমগুম্না চপ চাবা প্রমান তৌবা ঙমদ্রি ফাওবা ঙসিদগী য়ুমসিদা হল্লক্লরোই। ঐস্থ নুপানি

মুপা মচাগী থোঁদাং উৎতুনা, ইপা ইমাগী লমন, মরুপকী লমন শিংবা ঙম্বা পুম্নমক ঈশ্বরনা পীনবীসন্নু। ( ঙসাই মখৈ লুমতুনা তারম্বদগী )

বীনা : তাচৌ ! তাচৌ। মীনা হায়নীংবা হায়জসন্নু।

রাম : ইবুংগী বীনা ! ঙসিগী কল্লক চাওবা সমাজসিদা অমনা অমবু থাজনদ্রবা মতমসিদা, কদাইদনো মীওইবা ঐখোয়না হিংলুগদবা ; ঐবু পোকপা ইপামক্লা ফাওবা ঐবু থাজবীদ্রবা ঐবু কনানা থাজবীগনি। ইবুংগী ইবেম্মা বীনা নোংমা নত্রগা নোংমা, নংগী নবুং রামসিং কদাই ফাওবা করি তৌবা ঙম্বগে হায়বত্নু য়েংখিবা তাই। নোংমা অচুম্বত্নু উৎতুনা ঐখোয় বাজিগী মচানি হায়বত্নু ঐনা শোইদনা তাক্লখিগনি মতমত্নু ফাওবা খাংখিবা তাই ( মতাংসিদা রামসিং চৎখি, বীনা মবুংবু পীরাংলক্লা য়েংতুনা লৈহৌই )

( মথং মথং চৎখি )

( Short Interlude Music )

# তরেৎশুবা উৎপা

**মফম : শ্যামগী য়ুম**　　　　**মতম : নুমিদাং অথেংবা**

[ শান্তি মবুং শ্যামগীদমক থরাই মুংঙাইতনা রাখল খন্দুনা মমিৎ পিরাং শিন্থত্নুনা লৈ ]

শান্তি : তামোচা ! তামোচা ! করম্বা মতমদা নচননা মোমোন মোমোন নোকচবা ফংগদগে। তামোচা লৈনা-লৈনা মচন

ওইবীগী কেজবদো ফংদ্রেদকো তামোচা! ইচিন-ইপোৱা পুন্না চাকলুক অমত্তদা চামিন্নবদো ফংদ্রেদকো তামোচা। ইচিন-ইপোৱা চামিননবদো অমুক হন্না ফংলরোইদ্রনে তামোচা! (হিক হিক কপ্লকই)

ঈশৈ ওইনা:

তামো'চা, তামোচা তামোচা,
লোইদাম কুইরেদকো উখিদবা;
লমদম কৈদবু লৈরিগবা,
লাক্লোনে, নংবু হল্লকখোনে তামোচা।

নচন্দি অবা মৈশা লাংহৌরে,
কল্লক খম্নলগী মৈরীলক্না;
নোংমা লাক্কদরা মখল্লী,
থোক্নুনা য়েংলুই থোঙ্গালদা তামোচা।
তামোচা, তামোচা, তামোচা।
(হিক হিক হিক কপ্লুনা)

[ ঈশৈ হেক লোইখিবগা মবুং শ্যাম চংলকই অরোনবা ফিজেৎ ঙাক্তনি অতুবু মচনগী মফমদা তশেং তশেং শকখঙনবা চংলকই ]

শ্যাম: শান্তি! ইবুংগী ইবেম্মা। (কপ্পা-কপ্পা) নংবু য়াম্না ৱারব্রা?

শান্তি: (কপ্পা-কপ্পা) তামোচা! মতম অস্রুক কুইবসে কনাগী দা মফম কদাইদা লৈরুবগেনে?

শ্যাম: মফম অমদা হেক্তা লেল্লুবনি।

শান্তি: চাবা থকপদি, তামোচা।

শ্যাম: ফংলগা চাই. ফংদ্রগা তোক্লেদনা (নোক্লগা)

শান্তি: মবুং লৈনা লৈনা হৱাও মোমোন মীনোক, চানবীবা মীয়েংদো ফংদ্রেদকো তামোচা!

শ্যাম: নত্তে! ঐগী মরুপ; নংগী তামো রামসিং য়ুমসিদা থক লাকখিদ্রব্রা?

শান্তি : লাকই, মহাক্কী মতেংতনা নচননা ঙসি ফাওবা কল্লবা সমাজগী মীনোক মৈশা মরক্তা নচননা হিংজবা ঙম্লিবনি।

শ্যাম : মরুপ! নহাকস্তু ঐগীদমক্তা অহিং মুংথিল তুম্বা চাবা খঙদবমথৈ ৱানা খাংলবনি। মরুপ রামসিং! নংগী লমন ঐনা করম্বা মতমদা শিংবা ঙমগনি মরুপ।

শান্তি : তামো! হন্দক্কী মপোকসিমদি তামো রামসিংগী লমন থক শিংঙম্লরোই। তামো ঐ মাগীদমক্তা খল্লুরবদি ৱাদবস্তু ঙমদে, কপ্পবস্তু ঙমদে; তামো। পুন্সিসি হিংতুনা লৈরুবগী কান্নবব করিনো তামো। (কপ্পা-কপ্পা)

শ্যাম : নত্তে, ইবুংগী ইবেম্মা; শান্তি! নোংমদি শোইদনা লাকখিগনি নং ঐখোয়গীস্তু পুন্নিমা...... মতমত্তু ফাওবদি ৱারবস্তু ৱানা খাংখিবা তাই।

শান্তি : তামোচা! ঐ মতমত্তু ফাওবা খাংতুনা লৈবা ঙমগদবা মান্দরে। (মতাংসিদা য়ুম্লোন্নবদগী বীতুরনা লাওরকই)

বীতুর : হাই! রামসিং! ঈচন, ঈচন, হায়তুনা করি ওইজবা থিবা লাক্লিবনো? থেংলবা অহিংসিদা; শান্তি! ওক্তবী নংগী শাজৎ-লিচৎসি মীগী মমাংদা ইকায়জরেনে তুমিদাং অথেংবসিদা মুরুম মুরুম ঙাইহাক্তা পোথাফম খঃদ্রে, ঐখোয় লৈকাই মমাংসিদা শিবনা হেন্না ফরেনে।

শান্তি : (মনা মেনশিন্দুনা) কপ্পা-কপ্পা তামোচা! ঐ খাঙবা য়াম্না ৱারেনে তামোচা। ঐ খাঙবা য়াম্না ৱারে। তামোচা নহাক মফমসি থাদোক্তুনা য়াম্না থুনা চৎখ্রো তামোচা। নহাক চৎখ্রো, চৎখ্রো; তামোচা! মখোয় লাক্লনি।

শ্যাম : ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি! নংগীদমক্তা নবুং লৈরি শিদ্রিকোখাংখিবা তাই। (কপ্পা-কপ্পা) নহাক্কীদমক নবুং লৈরিকো।

শান্তি : তামোচা! নং চৎলো, নং চৎলো। (হিক হিক কপ্পা, মতাংসিদা বীতুর তুমলুবগী স্লিপিং স্যুইট শেৎতুনা থোরকই)

বীতুর : কনানো ? নংগা হৌজিক ব্রারী শান্নখিবদো ?

শান্তি : ( য়ান্না থৌশাদনা চন্না ) তামোচৌ ঐদি কনাস্থ ব্রারী শান্নদে। ঐ ইতোমতা তামোচাগী মরমদা মুংঙাইতত্তুনা শোক্লবনি। তামোচৌ।

বীতুর : হৈ ! নচিন থিস্থ ইমুংদা রামসিং লৈব্রা ? উম। লোৎ-লিব্রা ?

শান্তি : লৈতে ! মফমসিদা কনাস্থ লাক্তে তামোচৌ।

বীতুর : ( শাগনা ) ইখোলসে ওক্সবীশিংগী লৈফম চাকম নত্তে মত্থ খঙনা চৎলু।

শান্তি : তামোচৌ।

বীতুর : নংগী অতুগুম্বা খরা কপশিন লাউশিন্নবনা ঙসিদি ইপা হাৎখিবগী নিংবা কায়রবা ঐনা হিংচাবগী শক্তম লৌতুনা নংবু ঐগী অনিংবা লাংদগী করম্না লিৎতুনা চৎকনি (মুক্তুমা চংলকই)।

শান্তি : তামোচৌ ! নচনগী ইরানবু করিনো ?

বীতুর : ( শাগনা ) ইরালবু করিনো কা হায়রদনা। নরাল হায়ববু ইপা হাৎখিবগী লমন নবুং মীরোৎ অতুগী মফমদা শিংবা ঙমদ্রবস্থ নংগী নফমদদি ( চংশিন্দুনা খোংপাক্না কাওই )

শান্তি : তামোচৌ। নচনগী পুসিদংদি কনবীয়ু ! নত্তে তামোচৌ ইমা অমগী গর্ভদগী পোকমীন্নবমক নত্রবস্থ ঐসে তামোচৌ নংগী নচন অমদি নত্রা ?

বীতুর : হৈ ! ওক্সবী নংগুম্বী ঐগী ঈচন লৈতে।

শান্তি : তামোচৌ ! ঐবু শাগৈগী নচন অমা ওইনা কাওথোক-লবস্থ লৈকাইগী নচন নচানি খনবত্তুনা ঐগী পুস্পিস্থ কনবীয়ু।

বীতুর : নংগী খরা কপশিল লাওশিন্নবনা হিংচাবগী শক্লোন লৌরবা ঐগী থম্মোয়বু খক জয় তৌবা ঙম্নরোই ( চংশিন্দুনা খোং-পাক্না কাওই ) হৌগৎলু হৌগৎলু ঐগী মাং থাতুনা চৎলু

চৎলু ( মঙকশম পাইদুনা ইল্লি ওক্তবী লমহেনবী নংদি লৈকাইসিদা থম্বা য়াদে, চৎলু চৎলু, ( চৎলোইদবগী খাংদুনা লৈ ) ফু-ফুদুনা ইল্লকই। ( মতাংসিদা রামসিং চংলকই )

রামসিং : বীদুর সাহেব ! করিনো ? ঙসিদি অহিং অথেংবসিদা মীনা শা ওল্লব্রা ? ( শান্তি রামসিংগী মনাক্তা চেনশিল্লকই )

বীদুর : ( লেপ্তুনা ) ও ! ওক্তবী লমহেনবী মুপীসি যুম অসিদা থক থম্বা পামদে।

রামসিং : মফম কদাইদা থম্বীগদৌরিবা ?

বীদুর : ওক্তবীশিংগী লৈফমদা, লম্বী লমহাং আ অচিকপা মফমদা।

রামসিং : থাগৎচরি বীদুর সাহেব। শান্তি ! নংনা তাচৌদা করি লাল্লুরবগে ?

শান্তি : তামোচৌ ! ঐগী ইরালবু করিনোনে ?

রামসিং : শাগেগী মবুং অমনা মচনবু ফহম্লিংবা মশানা তাবনি। নং তাচৌগী মফমদা করি লাল্লুরে, শান্তি। করিগীনো নংনা তাচৌগী মাইয়োক্তা, হা অথেংবা অহিংসিদা নং নতোমদা লৈবদুদা নুংশিদুনা তাচৌগী ময়ুমদা পুবা ওইরিনি।

বীদুর : ঙসিদি পুকচেল চাওবা শাদুনা অথেংবা অহিংসিদা ঈচন ঈচন হায়দুনা মতম চানা য়ুমসিদা লুম্বা লাকপীরীব্রা ?

রামসিং : বীদুর সাহেব ! ঐদি শা অমা নত্তে। মী মরক্তা লৈবা মীচম অমনি।

বীদুর : ও ! অহিংগী অচিকপা থিদুনা রাবনগী মতৌগুম হুরাল লাম্নদা ঈচন, ঈচন হায়দুনা লুম্বা লাকপীরীব্রা ?

শান্তি : তামোচৌ ! রাহৈশিং অদুবু করিনো ?

বীদুর : ( লাওনা ) নংনা নংগী নপুরোইবা রামসিং কনবা পাম্লিব্রা ?

শান্তি : ( মথুৎনা মনা অনি মেনশিন্দুনা ) তামোচৌ !

রামসিং : ( শাওনা, লাওনা ) বীদুর সাহেব ! পুম্নমক ঙাংবা ঐ থক শাওদে। হৌজিকী রাহৈদো অনিরক শুনা পনবা

তারবদি রামসিং কনানো? ময়েক শেংনা খঙহনবা তারে। হায়বীয়ু অমুক্তা হন্না হায়বীয়ু।

বীতুর: (হন্থরগা) মতু নুপী মমাংগী থৌনানি ঐ থক য়েংবা পামদে। ঙসি লৈকাইনা ঙাংনরিবা মীনোক মৈশা, বদনাম কয়াসিবু নংগী ননা অতু লৈতেংগী ওইনা পাল্লিব্রা?

রামসিং: মতু পুন্নমক ওইরক্লবা নথৌ অমা ওইনা নংনা শিল্লিবা নব্রা? লৈকাইগী বদনাম, মীনোক মৈশা, ঐ লোইনা খঙই, তাই।

বীতুর: পুন্নমক খঙলবা রামসিংনা ঐগী ঈচনসিবু করম্না লম্বীদা পুথবীগে খনবীরিবগে?

রাম: (শাওনা) বীতুর সাহেব? নংসে ঈচন শান্তিগী হেক মবুং অমনিকো। নহা অমা ওইবগী অশাওবা পেন্দবা কয়ানা বদনাম পীবীতুনা হেক নচনবু ফত্তবা ব্রাফম কয়া শন্দোকপা ঙম্বা নংগুম্বা মীশক সংসারসিদা অনিশুনা………।

বীতুর: ব্রাঙাং হৈবনা অচুম্বা শকপা, মতুগী মতম নত্তে; শান্তি! রামসিং মকম মতম য়েংনা চৎপা ফৈ য়ুমসি ঐগা হেক য়ুমথংনবা মতুম্থ খঙনা………।

শান্তি: তামোচৌ! ঐথোয়গী অকাইববু করিনো?

বীতুর: ঐ পুন্নমক লোইনা খঙই, লমহুইগী তাৎ, নমথাক্কী লাং হৌদোংগী চৎনবী, শা-ষনগী লীচৎসি ঐ কয়া পামদে।

রাম: বীতুর সাহেব! লৈতোন শরু পান্দে মতাগুম ঙাংবদো অফবা থক ওইরোই থরা খন্থবীয়ু পুন্সিতু শাংনিংলবদি…।

বীতুর: (শাওনা) হায়খ্রে, ঙাংখ্রে; করি তৌগে হায়রীবা? ক্বাক্কা ক্বাক ব্রাহোংনা ব্রাহোং মশাগী শক্তম তোঙান তোঙান লৈজবনি।

রাম: (শোন্থাংননা) কাক্কা ক্বাক, ব্রাহোংনা ব্রাহোংনি।

বীত্নর : য়ুমদাংবনা কৈনাবা, মতু খক য়ারোই। শান্তি ঐগী ঈচন নংনা লম্নানবা শাগৈগী মীশক অমা, মতু খঙনা চৎলু। শান্তি! নং ঐবু মশক মুন্না খঙলবা নত্রা?

শান্তি : তামোচৌ নচনগী ইরালসিবু......... (হীক হীক কপ্পা)

বীত্নর : নং অঙাং অমা নত্তে, লৈশাবীনী, লৈশাবী; ঐবু মীফত্ত তাহনগনু, ঙসিনা অনিরক শুবনি। ফরে ঈচন অমা ওইনা ঙাকপীরবনি। (য়াম্না শাওবা মীয়েংনা য়েংলম্নগা চংখি)

রাম : ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি! তাহৈদ্রবা ঙাংহৈদ্রবা কয়া নংগী তামোচৌগী মফমদগী.........।

শান্তি : তামোগী মকত্রবা থম্মোইবু ঙসিদি বদনামগী অমুবা মচুনা কয়া থিনা শংবীরবা।

রাম : (নোক্লগা) পুন্নমক খাংবা তাবনি, ঙসিদগী, ঐস্থ য়ুমদা হুল্লরোই, লৈকাইগী অসিগুম্বা মীনোক মৈশানা ঐবুস্থ পাবুংনা য়ুমতুদগী তান্থোকপীরক্লে।

শান্তি : ঐগী মরমগীদমক্তা পাবুংনা তামোবু.........।

রাম : অচুম্বনি, মরুপ অমা ওইবগী অশেংবা শক্তম ঈচন অমা ওইবগী পাংফম থোকপা শক্তম ঐ ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্লবা মতমদা.........।

শান্তি : করিস্থ লৈত্রবী ঐগীদমক্তা.........।

রাম : শান্তি! পুন্সি অসি খুদোংথিবা অহুক্কী মতিক নংল-নংলগা ময়েক শেংবা হেনগৎকদৌরিবনি। মৈবু কয়া কুইনা কুপ-শিন্দুনা থম্বা ঙমগনি। খাংবা তাবনি, ঙাইখিবা তাবনি; পুন্নমক পুন্সিগী থৌদাংনি।

শান্তি : মসি পুন্নমক ঐখোয় তামোচৌগী খুজিন থৌরাং ঙাক্তনি।

রাম : ঙসিদগী ঐস্থ নংগী ননাক্তা লেংদনা লৈরগদবনি। ঈচনগী থম্মোই, ঐগী রাখল, পুন্নমক মীনোক চাওরবা সমাজসিনা ঐখোয়বু মীনম্বা ওইনা উজরবস্থ ঈশ্বরত্তনদি ময়েক শেংনা উরমগনি।

শান্তি : তামো রামসিং……. ।

রাম : ঙসিদি নং চিংনদনা হায়য়ু। নং ঐগী ৱা ইনগদ্রা ?

শান্তি : তামোগী য়াথং পুন্নমক মতম লৈবা খিবীক্তা খক হিক-তোকচরোই ।

রাম : ( হায়দোক ঙমদনা ) শান্তি ! নং শোইদনা ঐগী ৱা ইনবা ঙমগনিকো ।

শান্তি : তাকপীয়ু তামো ! শোইদনা ইঙ্গগনি !

রাম : শোইদনদি ইনগনিকো শান্তি !

শান্তি : ( মোমোন নোক্লগা ) ঐবু থাজবীদ্রা তামো !

রাম : থাজৈ মবুংগী য়াথং ইনগনবী ঈচন্নি ; ঐ থাজরি !

শান্তি : তামো ! মথা হায়বীরো ।

রাম : ঙসিদি ইবুং ৱা অমা হংগে, শেংনা খুম্মু !

শান্তি : তামো !

রাম : শান্তি ! ( হায়দোক ঙমদনা ) নংগী পুন্সিগী নহা ওইবগী লম্বীদা নংগী পাইদগী চান্ন-চিন্ননা তিন্নজবা কনা অমত্তা লৈখিদ্রা ?

শান্তি : ( খুদা ঙমদনা ) তামো ! ৱাফমদুবু !

রাম : চিংনগন্থ শান্তি ! ঐবু নবুং অমা ওইনা খনবদুনা হায়দোক ঙমদবা তৌগন্থু হায়য়ু চিংনগন্থ শেংনা খুম্মু।

শান্তি : ( য়ান্না ঈকাইনা ) মতম অমদা লৈরম্মী।

রাম : মহাক অত্থ কনানো ? কদাইদগীনো ? করি লমদগীনো ? মমিংনা করি ?

শান্তি : মহাক কছারদগীনি। কছারগী জাড়ীবন হায়বা মৈতৈ লৈকাইদগীনি মমিংনা বলরাম কৌই। য়ুন্নাক্না লাইশ্রমনি।

রাম : মহাক্কী শিনফম করিনো ? কমদোনা নখোয় অনি শক-খঙনখিবা কদাই ফাওবা নকুবা মরি— ।

## ব্রাকচীংগী নোং -৪৮

শান্তি : মহাক মতম খরা বাবাচৌগী ছুকানগী ভরাদা লাইব্রিক তমতুদা লৈরম্মী। ময়ুমদা মমা ঙমদে চৎখিবদগী অমুক হন্না ইম্ফালদা হল্লকখিদ্রে। চহি অমরোম শুরে।

রাম : শান্তি! নং ঐগী মরক্তা থল্লীবা বদনামশিংদগী কোক্লবা, নংগী তামোচাগী পুন্সিগী খুরৌ থাংবদগী কন্ননবা; করিগুম্বা মহাক্কী থম্মোইনা নংবু নিংশিংহুনা কাওদনা লৈরম্বা থোক্লবদি ঐনা মাবু, পাঙ্গল থৌনা কয়ানা কছারদগী শোইদনা লৌরুগনি নোং হেক ঙানবগা ঐ কছারদা চৎকনি।

শান্তি : তামো! পুন্সি অসি ঐ ঙক্তবা খক ঙম্মোই।

রাম : ঙকনু, শান্তি ঙকনু! বদনামশিং অসিদগী কনবা তাবনি, ঐবু হেক পোকপা ইপা ফাওবনা মচা ওইবা ঐবু থাজবীদ্রবদা, মীওইবগী বদনাম, চুম্মী করিগীদি ঙকতনিংাই ওইরি। পুম্নমকসিনা মরম ওইহুনা নংগী মীরোৎ ওইরবা তামো শ্যামনা ঐবু শা অমগুম খনফম থোক্কনি পুম্নমক তুংগী পুন্সিনা শাখি ওইরসনু, নং ঐগী য়াথংতদি ইল্লু; অচুম্বগী শক্তিনা অরানবশিংবু কদাই ফাওবা জয় তৌবগে য়েংবা তাই লাও ইমুংদা চংলসি। ( মথং মথং চংখি )

( Short Interlude Music )

# নিপানশুবা উৎপা

**মফম ঃ কমলগী য়ুম** **মতম ঃ নুংথিল**

[ বীনা থোরক্লুনা ইমুং মাঙ্গোল শেমজিন শাজিল্লী অৱাবা ৱাখল উহল্লী। অমুক মোমোন মোমোন নোকই, অকিবসু উৎলি ]

বীনা : ( ৱাখল খন্থরগা ) ঐখোয় বাজিনা তাচৌ ৱামসিংদা শাও-রিবসি শাওফম থোকপরা ? শাওফম থোক্লবরা ? ঈচে শান্তিগী মনাক্তা লেংদনা লৈখ্রে হায়রনৈ। তাচৌগী আশানা করি ? ঐসু তাচৌবুসু উন্ননিংই, ঈচে শান্তিসু ৱারী শান্ননিংই বাজিগী য়াথংসু ঙাক্লিংই, তাচৌনা অসুম্না তৌখিবদগী ঐসু লাইরিক মখা তমথবদা কয়াদি ৱারে। (ঙাংনা ঙাংনা বীনা লাইরিক পাতুনা চৌক্রিদা ফম্মী লাইরিক পারম্বদগী তুমনিংবগী হকাম চল্লকই খঙহৌদনা তুমথখি মতাংসিদা তোম্বা চংলকই )

তোম্বা : ( চংলক্লগা নুংশা শ্বর য়েংতুনা মাইয়োক ৱা শান্নবগী মওংদা ) জয় দুপীনা য়াবা শ্রীশ্রীখম্বা, ঙসি কোরৌ নোং, বীনাগী অশেংবা কোলোয় মপাওদং খঙহনবীয়ু শ্রীশ্রীখম্বা ! (মখোং লাওনা লাওনা থাংতুনা ) বীনা ! বীনা ! মাই ডিয়ার বীনা, মখোয় বাজী লৈতবা জাৎলা ? মাম্মা ! মাম্মা ! ও ! কনা অমা লৈতে, বীনাদি চৌক্রিদা নাখোক্লুনা তুম্মে, এ গুড চান্সা ফংলে, মাই গোড শ্রীখম্বনা থৌ-জানবীরে। বীনা ! বীনা !

বীনা : ( মতাংসিদা বীনা মীকপ থোকপগী তিংলি য়াংলীরকই তোম্বা উরবদা ) নুংথিল পোবোবতা হুরানবা চংলকইবা কনানো ?

তোম্বা : বীনা ! ঐনি, ঐ ; নংগী ডিয়ার তোম্বনি।

বীনা : চংলকউ তাতোম্বা ! করি থবক লৈ।

তোম্বা : বীনা ! ঙসিদি য়াম্না লুবা মরম অমগীদমক নংবু উন্নবা লাকপনি নখোয় বাজি লৈতরা ?

বীনা : বাজি লৈতে। কয়াম লুবা থবক্লো ? তাতোম্বা— !

তোম্বা : ভেরী গুড, চানসা। গোড ব্লেস মী ফোর টুডে ।

বীনা : তাতোম্বা ! ঙসিদি অমুক্তা তাদ্রিবা ইংলিস ফজবা লোন-বসিদি কদাইদগীনো ? ইথা হেক থাজদনা......... ।

তোম্বা : থাজদনা থাদোকপীশ্লকো মাই ডারজলিং সিকটর।

বীনা : তানোম্বা ! কদাইদগী ইংলিসনো ?

তোম্বা : ঐস্থ মুপানি, মুপা ! মতাং চাবদা অমুক্তুং লোম্নেককে হায়তুনা চিনফা পুরকপা কুইরবনি তান ইচা চাদবদো ঙসিদি এ গুড চানসা ফংলে ।

বীনা : তাতোম্বা— ! ঙসিদি হিদাক থক্লকপরা ?

তোম্বা : য়েস, সিকটর ! ঐহাক হকচাং লুংঙাইতবদগী হিদাক খরা থক্লকই ।

বীনা : তাতোম্বা ! নংবু হিদাক থক্লবা ?

তোম্বা : বীনা ! ঐ পাখংনি পাখং ! শিবা য়াদরিবা ? অমুক বানা নংবু ঙাইরবদা......... ।

বীনা : তাতোম্বা ! ঐদি হিদাক থকপা য়াদে হায়খ্রবা নত্রা ?

তোম্বা : চুম্মী বীনা ! ঐস্থ কাওজদে। অতুবু শিনিংদবদগী ডাক্তর ইবোচৌবনা হিদাক খরদং থক্লবদি ফনি হায়বদগী ফিন-সিদ্রিল খরা থকলুরে ।

বীনা : অস ! তাতোম্বা ! ঐনা ঙসাইমখৈ হিদাক হায়বদি য়ু ওইনা খল্লুবনি। তাতোম্বনা থক্রিবা হিদাক অর্তুদি সরকারনা থিংখ্রবনি।

তোম্বা : য়ু ওইরবদি য়ুনি হায়নি। ঐস্থ জ্ঞান তাই, ঐনা থকপদি হিদাক হায়বনি। বীনা ! নংসি লাইরিক হৈ, অতুবু জ্ঞান ওন্থোক্লা তাখিদ্রে।

বীনা : য়ুনবু খরা হেন্না কৈ, তাতোম্বনা থক্লিবা হিদাক অচুদি সরকারনা থকপা য়াদে হায়না খিংনখ্রবনি।

তোম্বা : য়োনবা য়াদবা হিদাকপু য়োল্লি হায়ব্রা? মখোয়গী কোমপানিদা থিংগদবনি। কোমপানিদা থিংদনা চুকান্দা থিংবা হৌনব্রা? ওসিগী সরকারসিসু পঙই। বীনা নংগুম্বজাংনি সরকারসিসু।

বীনা : তাতোম্বা! নংসে পংশিং শিংবা মীনী, নংগা লাম্বা পাবা ঐগী ইত্তিক নত্তে।

তোম্বা : হো—। মতু খঙনা চংলু। ঐনা নুপা, নংনা নুপী; নুপীনা শিংনতুনবু নুপা ওইবা ঐখোয়দগী হেনবা য়াবা নত্তে। হুম—! রারেম ভাংতুনা মতম শাংনা মাংহনখ্রে; ঐগী অপাম্বা অনিংবা পুম্নমক কাওথোকলুরে।

বীনা : তাতোম্বগী অপাম্বা অনিংবা করিনো?

তোম্বা : বীনা! হায়বসু হায়বনি। নখোয়গী তাচৌগী তং তাবা অমা অচুম্বা চুমদবা মীয়াম্বা ভাংনবা অমা লৈখ্রে। অদুনা নং ঐগী করি করম্বা মথাদি, ঐসু নংবু ভাইবদা মীনা জাৎ-জাৎ হায়নরে।

বীনা : মীনা করি করি হায়নরিবা?

তোম্বা : মীনা ঐবু ভাওই হায়নরে।

বীনা : কৈদৌবগী?

তোম্বা : পাথং মতম শাংনা ওইবসি মীনা ফজনা ভাংনদে নংসু অদু মঙাই।

বীনা : মীগী মরা লৌবীরুনু তাতোম্বা।

তোম্বা : রাকোই ভাংনরোইসি বীনা ওসিদি নংগী অশেংবা অমা হায়রো?

বীনা : নংগীসি অশেংবরা? তাতোম্বা! নখোয় বাবা ঐগী ইকুথোক ওইগদৌরিবতু য়ুমদা অমুক্তা থারকউ, ঐখোয় বাজিগা ভাংনহল্লু।

তোম্বা ঃ কোচি হৌরনু বীনা ! নংবু ঐগা লৈমীন্নগদবনি ঐখোয় বাজিগা লৈমীন্নগদবা নত্তে। নং—ঐ য়াম্নরগা লোইরে। অহন মখোয়গী দরকার লৈতে। নো নীড ফোর অব্রার ফাডর ওর মাদর, ইজ ইট করেক ?

বীনা ঃ (নোক্লগা) তাতোম্বা ! ঙসিদি ইংলিস য়াম্না লোনপ্রে। কদাইদগীনো কনানা তম্বীরক্লিবনো ?

তোম্বা ঃ আই এম এ মেন, মতাং চাবদা নঙোন্দা লোন্থেক্কে খনবা মতম শাংলবনি। মতাং ইচা চাদবদো ঙসিদি এ গুড চানসা ফংলে, আই লব ইয়ু ভেরী ভেরী মাস, বট ইয়ু লব মী ইন ওল টাইমস আই লব ইয়ু ব্রীড ইয়োর ফাদর, বিকোজ ইয়োর ফাডর ইজ মাই ফাডর মসিবু লাল্লব্রা ? ডেট ইজ রোং ?

বীনা ঃ (নোক্লগা) তাতোম্বা ! নংসিদি।

তোম্বা ঃ ডিয়ার বীনা ! পিলিজ টেল মী, নাউ হরাড দু ইয়ু ব্রানট আই ব্রানটেড টু মেরী ব্রীড ইয়ু ভেরী ভেরী সুন। হরাড ইজ ইয়োর ওপিনিয়ন। টেল মী নাউ।

বীনা ঃ হা-হা (নোক্লগা) তাতোম্বা ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইরে। তাতোম্বনা অপাম্বা নুমিৎ-থাদা হেক য়াজরে।

তোম্বা ঃ ভেরী, ভেরী গুড। দবল থেঙ্কস, বীনা নংতনা নবুক শেংলবা পৃথিবীসিদা কনাবুসু কিদরে। রিমেম্বর মী রিমেম্বর মী।

(মতমগী ঈশৈ ওইনা শকলকই)

নুপা— নিঙোল নবুক চুমউনে
পাখং ওইবা ঐঙোন্দা
নুজা পুকচেল লেপত্রবা,
পাখংবু হাৎপা পাপ পুজনি।

মুপী— লৈশাবী মতম ওইরিবৈ
খোইমু কয়ানা ইল্লিবৈ,
অপাম্বা মশক খঙগে
অপাম কাদা থুংজগে ;
( ফোক শোং ওইনা )

মুপা— লৈশাবী মপুং ফারকপা,
নহারোল কয়ানা কল্লক্লে ;
শাবী লাও লাও
মাংদা, থারো লাও ।

মুপী— পাখং মতম ওইরকপা
নিঙোল ওইবীশিংনা খোয়রাংই
শাবী মানজ পাম্মুবা
থংলেন মানজ মুংশিবা ।

তোম্বা : বীনা ঙসিগীদমক বাই বাই ; রিমেম্বর মী ডোণ্ট ফোরগেট মী । ( ইংলিস অসি লোন্না লোন্না নোক্লগা চৎখি )

বীনা : ( মতোমদা ইশি শিনা নোক্লগা ) তাতোম্বা নংগী চমজবা থম্মোইসিদা ঐনা মতৌ করম্না মীনমলুগনি ( মতাংসিদা কমলসু হন্না-হন্না য়েংহুনা চংলকই ) ।

কমল : বীনা ! বীনা ! মুপীমচা !

বীনা : ( শকফম হনজিন্না ) করিনো বাজি ?

কমল : করিগীনো ? তোম্বনা লুকথরগা মতোমতা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎখিবসে, ঐঙোন্দকাসু কৌরম লাক্লমদে, নংনগা চৈবী-রুরব্রা ?

বীনা : চৈদেদা বাজি । ( ইকাইরপ তৌনা )

কমল : ( মুংশা থিনা ) নংগী তাচৌহু নচে শান্তি খোয়দসু লৈতে হায়নে ।

বীনা : কদাইদা চৎখিবা ?

কমল : ঐসু মী থাহনা হৎহল্লুবনি। ঙসি ২/৩ নি শুরে উদবা হায়রকই। তারকই, ঐবু কমদৌসিগে, ইপানসু মাবু অরোইবী থাহনা ঙাংলুবদগী হৌজিক্তি করিবু থোক্লগবা।

বীনা : বাজি! অদুদি ঈচে শান্তি মতোমতা; করম্না য়ুমহুদা— মীফম তাদা বীহুরগী মতৌহুগা……।

কমল : খঙদ্রে! ঈশ্বরনা করম তম্লিগবা ? নত্তে নং হয়েংসি অয়ুক ঙম্না চৎতুনা অমুক্কা উন্নরুগেরা ? নচে শান্তিহুবু—।

বীনা : উন্নববুদি উন্নজরুগে বাজি! তাচৌহুবু মখোয়গী বীহুর হায়বা মীফম অদুগা ইন্সপেক্টর কুমারগা তান্নহুনা হাৎতোকপী- রমহুনা………।

কমল : অদুনি, ইপানসু নুংশা থীরিবা ? মতমনগা মতম ফত্তবনে; যুগ অসিগী মী অমা হাৎপগী কেশ করিসু লৈতবসিদা লুপা পৈশাগী শক্তিনা অচুম্বা অরানবা পুন্নমক নাথৈরবা মতমসিদা, মী নেক্তুনা নবুংহুবু খুদোং থিবা থোক্কদরা ইপাসু চিংনরিবা।

বীনা : বাজি! অদুদি তাতোম্বা থাহনা হান্না হৎহল্লুসিরা ?

কমল : চুম্মী! নংগী তাতোম্বা থাব্রা ? থুনা খঙদোক্তবা য়াদ্রে।

বীনা : বাজি! ঐ তাতোম্বা কৌরুগে।

কমল : ঙসিগীদমক্তা ইপা য়াচংবসিদা কোইথোকউরগে, য়ুমদগী চথোক্লমগনু ইপা চৎলুখিগে (থোকখি)।

বীনা : (মতোমদা) কদাইদা অমুক চৎখ্রিবজাৎনো ঐখোয় তামো- চাহুবু মতমনা মতম ফত্তবসিদা (ইমুং চংগে তৌই, মতাংসিদা শ্যাম মীরোৎকী শক্তমদা চংলকই)

শ্যাম : ইবুংগী ইবেম্মা, বীনা!

বীনা : (কীনা) ইমা! কনানো ? (পাখৎনা)

শ্যাম : ঐ নংগী নবুং শ্যামনি। করিগীনো ঐবু কিরিবদি ?

বীনা : ( হৱাওনা নোক্লগা ) তামো শ্যাম চংলকউ ।

শ্যাম : নংগী তামো ৱাম, য়ুমসিদা লৈব্রা ? মফম কদাইদা লোং-লিবগে ? ঐ মাবু থিরকপনি ।

বীনা : লৈতে ; তাচৌগী পাও তাবদগী বাজিন্নু তাচৌগী পাও হংবা চংখিবনি তামো।

শ্যাম : মহাকস্তু য়ুমসিদা লৈতবা ; ( শাওনা ) ৱামসিং ! নং মফম কদাইদা লোংলিগবা ?

বীনা : করি ! ঐগী তাচৌবু লোংপা ? করি মৱালগীদমক্তা তাচৌনা লোংলিবা ?

শ্যাম : মরম য়াম্না লৈ, ঙসিদি মহাক ঐগী য়েক্লবনি ; মাবু ঐনা হেক উন্নবা মফমদা......... ।

বীনা : ঐ পুন্নমক ভাব তারে ! তামো শ্যাম ! লৈকাইগী সমাজগী মীনোক মৈশানা ঐগী তাচৌবু লাননা লৌরবা ? মতম অমদা অহুক লুনা লোইনরম্বা তিন্নরম্বা নখোয় অনিগী মরক্তা...... ঙসিদি মিংতা ঈ কাহুনা ঐগী তাচৌবু...... হায়য়ু তামো শ্যাম !

শ্যাম : মাদি ঐগী য়েক্লবনি ; মাবু হেক উন্নবা মফমদা ...... ।

বীনা : তামো শ্যাম ! ঐগী ৱাহৈসিদং তাবীয়ু ! ( কপ্পা )

শ্যাম : ইবুংগী ইবেম্মা বীনা ! নংনা নংগী তাচৌ নুংশিবগুম ঐগী ঈচন নংগী নচে শান্তিনন্থু......... ।

বীনা : তামো নচনগী ৱাহৈ খরসিদং খন্নবীয়ু । অশাওবনা মাংদা থা, খন্থহৈদবা মীকুপ্তা নিংবা কায়বগী চৈথেংনা, মরুপ অনিগী নুংশিনবদী কাওনবীগনু মরুপ অনিগী মরক্তা খল্লিবা অশেংবা শক্তমতু মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা খনজিনখিবা ওইরম্লবদি......... ।

শ্যাম : মতমগী নোংলৈ নুংশিৎ ।

বীনা : তামো শ্যাম ! ঙসিদি ঐখোয়দগী হেন্না লাইদক থিবা ; ঐখোয়দগী হেন্না তোনবা মপোক অমা ওইররে মবুং অনি লৈনা লৈনা··· ····· ।

শ্যাম : ইবুংগী ইবেম্মা বীনা !

বীনা : তামো শ্যাম চামরক হন্না খন্থবীয় ! পাংথোকখ্রবা থবক অমুক হন্নবা য়ারোই মতমবু ঙাইঙমদবস্থু তৌবীন্নু হুপী মচাগী বানী হায়দুনা থওইদনস্থু খনবীন্নু ।

শ্যাম : বীনা ( কপ্পা মচনবু য়েংলগা ) মথা তারগন্নু বীনা ! ঐ চৎখ্রগে, ঐ হলখ্রগে ; বাঙ্গি লাক্লগা বারীশিংসি লীথোক-লুহ্নকো, করিগুম্বা লিথোকপা তারবদি নং ঐবু হাৎপা পাপ পুবা ওইয়ু, ঐস্থু ঈচনগী য়াথং ঙাক্লা চৎলগে বীনা ইবুংগী বীনা নং ঐবু বারৌগন্নু ঐ চৎলে ঐ চৎলে ( খোকখি ) ।

বীনা : ( মত্তোমতা ) ঈচে শান্তিগী মরমদা সমাজনা লৈকাইনা ঙাং-নবশিংদা থাজদুনা ঐগী তাচৌবুস্থু ·········। হে ঈশ্বর নংনদি পুন্নমক উরমগনিকো ? "কনাদা চৎলগা কনাগী মফমদা ঐগী তামোগী খোঙ্গুল লিরুগনি"

( ঈশৈ ওইনা বেকগ্রাওন্দগী )

কনাদা চৎলগা, কনাগী মফমদা,
হংলুসিগে ঐগী ইবুং হুংশিবা ;
( মথং মথং ঈশৈগা লোয়ননা চংনখি )

( Short Interlude Music )

# মাপলশুবা উৎপা

**মফম ঃ শান্তিগী য়ুম** **মতম ঃ নুমিদাং অথেংবা**

[ কুমার মমল য়াম্বা ফিজেৎ অমদা চংলকই শান্তিগী য়ুমগী নাক য়েৎ কোইনা য়েংলগা অমুক মীথোল তাবরা হায়না না-থাঙ্গৎতুনা লোম্না তাই ]

কুমার ঃ শান্তিগী মবুং শ্যামনা মীরোৎ অমা ওইনা লৈরিঙৈ; লোইননা রামসিং হৌজিক মনিপুরদা লৈতে, অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা, ঐগী অপাম্বা থবক চথহৌবা তারে। ভসিগী মীচিক মীরাও-গোল তাদ্রবা অহিংসিদা ঐগী অপাম্বগী লাংসিদগী কদাইদনো মহাক্না লীৎকদবা, মবুং ওইরিবা বীতুরনা ঐগী ইফমদা শান্তিবু শিন্নরবনি। ফরে ঐগী শক্তি চলাক্না ঐগী অপাম্বা পাংথোকপা তারে ( তপ্না-তপ্না চংশিন্দুনা ) শান্তি, শান্তি! তুমথবজাৎলা, পুং কয়া তাথ্রে ( ঘড়ী য়েংই ) পুং ১২-৩০ তাথ্রবা, শান্তি শান্তি! ... ( য়ু খরা খরা ভাওবগী শক্তমনি )

শান্তি ঃ ( মঙুংদগী ) কনা ওইরবনো? অথেংবা অহিংসিদা—।

কুমার ঃ ঐ পুলিস ইন্সপেক্টর কুমারনি। নবুং শ্যামগী পাও অমত্তং হায়রমগে তৌবনি থোং অমুক্তা হাংদোকউদনা—

শান্তি ঃ তামো! ভসি'দি নুপা নহা কনাস্তু লৈতে। হয়েং অমুক ওইনা চথোকচরক্লগে ৱারৌবীরনু।

কুমার ঃ নবুংগী অরুবা পাওনি, অতুবু তানিংদ্রবদি ফরে, ফরে; ঐ হুনথ্রগে।

শান্তি ঃ তামো! তাবারীব্রা? ঐ থোং হাংদোকচগে ভাইহাক্তা লৈবীরম্মু। ( থোং হাংবগী মথোল তারকই তাঞ্জাসিদা কুমার খোংফম শেমই ) তামো করি পাওনো অথেং-বসিদা...... ( মপান থোরকই কুমার পোজিসন লৌহৌই )

কুমার ঃ শান্তি ! নংনা ঐবু য়াম্না তমথিৱা মীশক অমা ওইনা উরম্বা য়াই, মদু নত্তে। ঐ মতম পুম্নমক নবুংগী য়াম্না খনবা মীশক অমনি।

শান্তি ঃ করি পাওনো তামো, তাকপীরো। অথেংবা অহিংসিদা।

কুমার ঃ ঐবু খক লাম্না লৌগনু। নংগী পুন্সি অমদি নবুং শ্যামগী অফবা লম্বীদা ঐম্ন তেংবাংজগে।

শান্তি ঃ মদুগীদমক লেংবীরকপা ওইরবদি য়ৌবীখ্রে।

কুমার ঃ ঐবু হেক্তা তাম্লেনা নংগীসিদি।

শান্তি ঃ তাঞ্জবগী ৱাফম নত্তে, মফম মতমগী ৱানী।

কুমার ঃ মফম মতম খঙনা ঐ চংলকপনি। ঙসিদি নংনা ঐগী অনিংবা অপাম্বা থুংহল্লু।

শান্তি ঃ ( খরা শাওরপ্না ) পুলিস ওফিসার অমগী লমচংপু মদুবা? লেংবীখিবনা ফরনি। শাংপরক্লবদি চোম্প্না ইকাইবা নংগনি।

কুমার ঃ অথেংবা অহিংসিদা নংবু কনা লাক্লুনা কনবীরগনি ( উসিত্ত মীনোক ) লাও শান্তি ঐগী অপাম্বা থুংহল্লু।

শান্তি ঃ ইন্সপেক্তর বাবু ঐনা নথোং পায়দুনা হায়জরি য়ৌবীখ্রো ঐগী পুন্সিসি নচন অমনি খন্দুনা ঙাকপীয়।

কুমার ঃ মদু ঙসিদংগী ওইনা ঐবু ........। হৌজিক্তি ইমুংসিদা কনানো নংগীদমক...... ..।

শান্তি ঃ তামো ঐগী পুন্সিদি কনাগুম্বা অমগী মফমদা......।

কুমার ঃ মদু শোইদনা হায়রক্কনি হায়বসি হাম্না খঙলবনি। নংগী পুন্সি রামসিংদা কথোকপ্রে অসিরা......।

শান্তি ঃ নত্তে রামসিংদি ঐগী ইবুংনি, চীল লৈ কেনগদবা ৱাফমদুবু ... ........( শাওনা )।

কুমার ঃ করম্বা মবুং। কমদোনা ওইরক্লিবা নবুং—।

শান্তি ঃ মহাক্তি ঐগী অশেংবা ইবুংনি। ৱাফমদু তামো রামসিংগী মফমদা ......।

কুমার : অত্তুদি রামসিং নত্তবা অতৈ কনা……?

শান্তি : য়োৌবীখ্রো! মতু নংগী নাথৌ নত্তে হয়েং মত্তম অমদা খঙলক্কনি —।

কুমার : পুন্নমক ফরে, শান্তি! ব্রাকোই ঙাংনদুনা কান্নদে থেংথ-খিনবনি ঐগী অপাম্বা থুংহল্লু (চংশিন্দুনা শান্তিবু ফানবা হোৎনৈ)

শান্তি : তামো নচনমক্কি খনবীদুনা ঐবু ঙাকপীয় (শাওনা মখজাইদা খুৎপাক্লা থাই) খঙব্রা? মতু শোনবীশিংবু……।

কুমার : (মমিৎ ঈ কানা) নংনা ঐবু উশিংতবা হা—হা—হা নংবু কনা লাক্লুনা কনবীরগনি।

শান্তি : নথোং পাইদুনা খুরুঙ্গরি ঐবু ঙাকপীয়।

কুমার : (ঙমজবা শক্তিনা) শান্তি (খুদাং পাই, লাকে শান্তিস্ব ইকাইবা হঙ্গোইবা য়াওদনা মশা কনজনবা কন্না হোৎনৈ)

শান্তি : ঐবু থাদোকউ। ঐবু থাদোকউ (য়ানা মখুৎতা চিকই)

কুমার : (থাদোকই) লেগ্না ঐবু চোপহনগনু কান্নরোই শান্তি মপানগী থোং লোনখ্রে কান্নরোই।

শান্তি : ঐনা লাওরবদি চোপচগনি চৎখ্রো চৎখ্রো—।

কুমার : (তপ্পা) কনাস্ব তারোই অচিকপা অহিং য়ুমগী মন্নংনি (চংশিল্লি মতাংসিদা শ্যাম অরোনবা শক্তমদা চংলকই)

শ্যাম : (মনা থাঙ্গৎতুনা তাই, তপ্পা) শান্তি, শান্তি; থোং হাংউ থোং হাংউ (তাঙ্গাসিদা শান্তি থোং হাংনবা হোৎ-নরিঙৈদা ইন্সপেক্তর কুমার মনিংথোংলোমদা নাম্বোক্লুনা চেনখি)!

শান্তি : কনানো থোং হাংদোকচগে। (থোঙ্গেল য়ান্না নীক্না কীনা)

শ্যাম : ঐনি, ঐ; (শক লোৎপা ফিজেৎশিং লোইনা লৌথোক্লগা) নংগী নবুং শ্যামনি।

শান্তি : (হুরাও তয়াম্বগী থাক্তা পুক্রিং নুংশিনা) তামোচা !
(হায়তুনা চংশিন্দুনা কোন্দুনা কপ্লকই)

শ্যাম : হৌজিক্কীতু কনানো ?

শান্তি : (হিক হিক কপ্পা) তামো ! পুলিস ইন্সপেক্তর কুমারনি, হৌজিক চেনখ্রে ।

শ্যাম : মহাক্কা অহিংসিদা মফমসিদা— ।

শান্তি : মহাক্তি শানি শা মহাক্কা ঐগী পুন্সিবু তেমশিংলকই ।

শ্যাম : (শাওনা) ইন্সপেক্তর কুমার ! নংদি পুলিস ওফিসার অমা ওইরগা অদুক তমথিবা শাজং ...... (নিঙমদনা) ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি নংবু য়াম্না ব্রারব্রা ? নংগীদমক নত্তং পাংবীনবা কনা অমত্তা লৈত্রব্রা ? হায়য়ু, হায়য়ু ।

শান্তি : মতম পুন্নমক্তা, ঐবু কুপ্পা শেন্নবীরিবদি তামো রামসিংদনি ।

শ্যাম : অদুগা ডসিনা মহাক কদাইদা— ? ঐনা মতম অমদা খল্লম্মী ঐগী মরুপ রামসিংনা মচন শক্লবী শান্তি থক মাংহল্লোই, অদুবু রামসিং— !

শান্তি : ডসি ফাওবা তামো রামসিং মচন ঐগীদমক চীংজাওগী মতৌঙুম লেপ্তুনা লৈরিনে তামো—(কপ্পা)

শ্যাম : (শাওনা) রামসিং ! নংদি অশেংবা ঐগী মরুপ নত্তে । মরুপকী নামাদা খুদোং চাবা লৌবা শাশিন্নবা মরুপনি । সমাজনা লৈকাইনা ডাংনরিবা পুন্নমক থবক্তা শাখিনি ।

শান্তি : নত্তে, নত্তে ; তামো ! ব্রাহৈশিংদুবু তামো রামসিংনা তাখিবা থোক্লবদি......... ।

শ্যাম : তাজসন্নু, খঙজসন্নু ; তাহনবস্থু পাম্মী । ডসিনা মহাক লোংখ্রবা ? ডসিদি ঈচনগী মফমদগী ওইজবা খরা ফংবদগী লোংখ্রবনি ।

শান্তি : লোংখিবা নত্তে, তামো ।

শ্যাম : অদুগা মফম কদায়দা— ?

শান্তি : তামো ! ( কপ্পা ) মহাক থবক অমগীদমক কছারদা চং-খিবনি লোৎপা নত্তে ।

শ্যাম : কছারদা ! করম্বা করিগীদমক……… ঐ খঙই ; ঙসিদি ঈচন ঈচন হায়তুনা মরুপকী নামাদা খুদোংচাবা লৌবনি । রামসিংনা ঙসিদি নংবু থাদোকলম্নগা কছার চেনখ্রে অসি নত্রা ?

শান্তি : তামো— ! ( কপ্পা ) নত্তেনে তামো ! ব্রাখল অদু অরান-বনি ব্রাখল অদুনা লমজিং ওইদুনা, মচন অমদি মবুং অনিগী চান্ন-চিন্নবা লম্বীদা, লৈকাই সমাজগী নত্তবা বদনামদা থাজবীদুনা তামো রামসিংবু লান্না লৌবদি, হয়েং মতম অমদা নিঙমদবা মৈচাক শোইদনা লাক্বনি তামো ।

শ্যাম : ময়ুমদগী মাবু পোকপা মপানা ফাওবা চংহন্দ্রবা রামসিং ঙসিদি নংবু হন্দোক্লম্নগা কছার চেনখ্রে অসি নত্তনা ?

শান্তি : ( কপ্পা-কপ্পা ) নত্তে, তামো ; চেনখিবা নত্তেনে চেনখিবা নত্তেনে ।

শ্যাম : পুন্নমক খঙই । পুন্নমক নমথাক্লি, পুন্নমক মীনম্বনি । ঙসিদি পংলবী ঈচনবু নমথাক তৌদুনা থম্লম্বা ; রামসিং ! নংবু ঐনা হেক উন্নবা মতমদা……… ।

শান্তি : নত্তে, নত্তে ; তামো ; ( কপ্পা ) তামোগী ব্রাখলদু ওন্নরে । তামোগী ব্রাখলদু ওন্নরেনে তামো ।

শ্যাম : ফরে, পুন্নমক হৌগ্রসত্ ; করিগুম্বা ইন্সপেক্টরনা ঐবু খঙলম্ব খোক্লবদি ; ঐবু ফাননবা থৌরাং তৌরম্নগনি হৌজিক ঐবু ফাহনবগী মতম নত্তে ।

শান্তি : তামো ঐবু মঙলা তাইবংলা ভাব তাদরেনে ।

শ্যাম : নোং ঙানখিবনা হানবা তারে । ঙসিগীদি ঐ চৎলে । নংনা খক কাওরোইদবদি, নংগী অব্রাবা খুদোংখিবদা নবুং লৈদ্রি হায়বা খক কাওগন্নু, ঙসিদগী ঐনা নংবু কুপ্পা শেন্নরবনি । ঐ চৎলে চৎলে ( নীঙমদনা থোকখি )

শান্তি : (কপ্পা·কপ্পা ) তামো শ্যাম, তামো শ্যাম নচনবু খক লাম্না লৌবীগন্নুকো তামো, ( হিক হিক কপ্পা ) অসি ওইরেকো পুন্সি ( মতাংসিদা মপান্দা গাড়ী থৌজিল্লকপগী মথোল তাই ) ঐবু করি থোক্লগবা ; ইমা, বাবা, নচাবু লৌশিন-বীরোনে লৌশিনবীরোনে ইমা। ( মপান্দা ভাংনবা তাই রামসিংগী খোঞ্জেলনি অস্তুম্না— য়ারে, য়ারে ; লৈজহৌরগে। গাড়ী থৌবীখ্রো হয়েং ভন্না লেংবীরক্লো ভাংনা ভাংনা চংলকই )

রাম : ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি, শান্তি। ( ভক্লা ) কৈদৌরে অহিংসিদা নংনা মপান্দা কপ্পুনা লৈরম্লিবনা ?

শান্তি : ( কপ্পা তোক্লগা হবাওবগী মওংনা ) তামো রাম।

রাম : করিগীনো খেংলবা অহিংসিদা। নত্তে বীতুরনা ঈচনবু হা হায়যু·········। করি থৌদোক ৱাথোক্লো ?

শান্তি : ( খোঞ্জেল নিক্লা ) তামো— ভসিদি পুন্সিদা ওইথোক্কনি থাজদ্রবা কযা।

রাম : করি করম্না থৌদোক, নবুংদা শেংনা তম্মু।

শান্তি : তামো ভসিদি অথেংবা অহিংসিদা ইন্সপেক্তর কুমারনা ঐগী পুন্সিবু তেংশিংলকই—।

রাম : মখা তম্মু হায়যু।

শান্তি : ঈশ্বরগী নোংদমদগী ঐগী ( কপা ) তামো শ্যামসু লাক্লম্মী মানা ঐগী পুন্সিবু·········।

রাম : পুন্নমক চংখ্রে। নংগী তামো শ্যামনা কবি করি হায়রম্মী।

শান্তি : তামো লমশাং লাকপগী ৱারমলনি ইমুংদা চংলসি নোংসু ভানগদৌরে ৱারী পুন্নমক মবিক চুম্না তম্নগে।

রাম : ফরে, ফরে, চংলসি। ভসিদগী নং অমদি মরুপ শ্যামগী পুন্নমক য়াইফবা ওইরগনি লাও-লাও ইমুংদা তান্নরসি।

( মথং মথং চংখি )

( Short Interlude Music )

# তরাশুবা উৎপা

**মফম ঃ কমলগী য়ুম** **মতম ঃ অয়ুক্কী পুং ৯/১০ তাবা**

[ বীনা য়াম্না নুংঙাইতবা ৱাখল অমগা লোইননা মমিৎতা পীগী ঈরা চেন্না ৱা অমত্তা ঙাংদনা চপ লেপ্লগনা করিগুম্বা অমা শংদ্রিক য়েংলগা লৈ ]

বীনা ঃ তাচৌ নংগী থম্মোই ওন্থোক্লা কনগ্রেদকো। ঙসিগী মীনোক চাওরবা সমাজসিগী মরক্তা কয়া ৱানা নংনা খাঙলিবা। হে, ঙসিগী থুন্নাই করিগীনো? মীনা মীবু অস্তুক তমথিনা ওৎনরিবা মীনা মীবু অস্তুক থাজনদ্রিবা। ( মতাংসিদা ঈশৈ ওইনা বীনা শকলকই )

ঈশৈ ওইনা ঃ

কল্লক মৈরীনা ৱাইরি,
পুন্সিদা পীরাংনা নোংখন্নরি,
অসিরনে ঙসিগী মীওইবা
কদাইদনো নুংঙাইবা মীওইবা।

( ঈশৈগী মরকসিদা তোম্বনা অমুক ঈশৈ থুম্নকই, চংলকই )

অবা মৈচাক থাংলম্মু,
ৱাবগী পন্দোল লোম্লবদি
নুংঙাইবগী ঈনোৎ লাকথিনি;
কাওগদ্রু মীওইবা ঙসিদি।

বীনা + তোম্বা অসিরনে পুন্সি ঙসিগী
থেৎনবনা থল্লবা মীওইবা
অমনা অমবু থাজনদ্রবা
হিংঙমলোই মীওই মপোক।

তোম্বা : বীনা! নংস্থ ঙসিদি অব্রাবা মাইয়োক্লরি ( ন্থংঙাইতনা )

বীনা : ( ঙক্লা ) তাতোম্বা, পুন্সি অসে ব্রাবগী পম্বেং য়োরেদো।

তোম্বা : করিগী চিংনরি, নুংঙাইবা ইনোৎ লাক্কনি। নুংশিবা মপাউ, হুরাও তয়াম্বা মীনোক্কী নুংঙাইবা মীকুপকী মপাও তমগে লাক্লবনি।

বীনা : তাতোম্বা! করম্বা নুংঙাই মপাওনো ?

তোম্বা : মাম্মা, ঐ পুন্না নংগী তাচৌগী পুন্সিগী থোঙ্গুল লিরুবনি অদুবু, ঙসিদি পুন্সিগী অশেংবা অরুবা লম্বী মশক খংলে।

বীনা : তাচৌগী পুন্সিবু মশক খঙলবা ?

তোম্বা : ঙসি অসি নংগী নচে শান্তিগী লুহোংবা নুমিৎ ওইরম্মে।

বীনা : ( ঙক্লা ) কনাগা ? কদাই ? কমদোনা ?

তোম্বা : ঙসিমক, কছার মচা বলরামদা, পুন্নমক নংগী তাচৌগী খুজিন থৌরাংনা......... ।

বীনা : অশেংব্রা ? তাতোম্বা ?

তোম্বা : শেংলবনি, শেংলবা ; লুহোংবগী থৌরাং লোইহৌরে নং বাজিস্থ লুহোংফমদা অশিল-অরাং য়াওহৌরি।

বীনা : ঐস্থ ঈচে শান্তিগী লুহোংবা য়াওনিংই। ( হুরাওনা )

তোম্বা : য়াওদবস্থ য়ারোই, মদুগী থৌরাং তৌরো লৈকাইগী মীশিংনা পীক থন্না লৈহৌরে, অদুবু য়াম্না লুরিবদি শ্যামনা নংগী তাচৌবু য়াম্না শাওবগী পাও......... ।

বীনা : চুম্মী শাওরমগনি, অদুবু ঙসিদি অশাওবগী পাওথুম ফংলবনিনা মশা মতোমতা ইকাইদুনা.........

তোম্বা : নংনা করম্না খঙলিবা, বীনা।

বীনা : মরমদু ঐ চপ চানা খঙই, নোংমা ঐঙোন্দা লীরম্মী।

তোম্বা : পুন্নমক মঙ ঙাক্তগী থৌদোক্লি থৌদোক।

বীনা : মঙ অদু ঙসিদি মঙফাওনরেদনা তাতোম্বা।

তোম্বাঃ মওফাওনরবনিনা অনৌবা দরখাস্ত অমগী দমক ঐনা ওম্না লাক্লবনি।

বীনা ঃ করম্না দরখাস্তনো ?

তোম্বা ঃ নংগী তাচৌগী তং তোবা ময়েক শেংলে। অদুনা নং ঐগী···

বীনা ঃ তাতোম্বা ওাইওমদবা তৌন্ন, নুমিৎ থা হুইনা চাবা হৌনদে।

তোম্বা ঃ নুমিৎ থাবু হুইনা চায় কনানা হায়রগে ? নংমুক পঙবসি ঐখোয় লৈকাইসিদা লৈতেঙে বীনা মফম মতম থঙমন্দে।

বীনা ঃ তাতোম্বা ফরে ফরে ( মতাংসিদা কমল চংলকই )

কমল ঃ তোম্বা নংসু লৈরম্মী। নুপীমচা বীনা ওসি নচে শান্তি লুহোংবগী নুমিৎ তারে। অদুনা নংসু ঐখোয় খাই ময়াম চংদুনা হোৎনবীমবা তাই। ইপানা থম্মুবা পুম্নমক ঐগী ইরাল ওইরম্মে।

তোম্বা ঃ দাদা রামাসং অংকপনি মাম্মা। মাগী মরিংজেনসিদি···।

বীনা ঃ লুহোংবদু ঐসু·······।

কমল ঃ চৎনবা শেম শারো, য়াওদবা য়াদবনি তোম্বা নংসু চৎলু খরা ওন্না চৎকদবনি।

তোম্বা ঃ মাম্মা অদুদি ঐসু, য়ুমদা, ঐনা হাল্লবসু লাকপদা চংলক্লগে বীনা ঐ চৎলে চৎলে ( থোকখিবা )

কমল ঃ চৎলো চংলো থুরুও কুইরক্কনুকো তোম্বা। বীনা নচেগী লুহোংবসি নংগী তাচৌনা মতিক চানা থৌরাং তৌরম্মী নুপা মচাদুসু কহারগী বলরাম ওইরম্মে।

বীনা ঃ বাজি। ঐ থৌরাং তৌরক্লগে। ( চংখিবা )

কমল ঃ হোই, হোই; থুনা থৌরাং তৌ! ( মতাংসিদা বীদুর চংলকই ) ইবুংঙো বীদুর কবি থবক্কী লেংশিল্লু চৌক্রিসিদা।

বীদুর ঃ য়ারে, য়ারে ; খুরা ইবুংঙো। তৌজিক শান্তিগী নাক্তা লাক্লম্মী তাঙ্জরে। রামশিংনা তৌরিবসি খুরা ইবুংঙোসু ভাব খরদি তাবীরম্লগনি।

কমল : ঙসি পুন্নমক ভাব তাক্করে।

বীতুর : ঐখোয়দি মঙগুম্না থোক্লবদো ?

কমল : মঙতু হৌজিক মঙফাওনরেদনা।

বীতুর : নহানমখৈ থুরা ইবুংঙোনা থাদোক্লিবা জাৎলা ?

কমল : ( শাওনা ) ইবুংঙো ! থাদোক্লিংলগা থাদোক্কনি, ইবুংঙোদা করি কায়বগে য়ৌরো৹ য়ৌরো। ঙসিদি ঐসু থবক থরা চিল্লি।

বীতুর : ( শাওনা ) মীওইবসে অচুম্বা ; অশেংবা হায়নরবদি শাওই ;

কমল : ( শাওনা খোল খরা হাইগৎনা ) ইবুংঙো য়ৌরো হৌজিক অমুক লুহোংবা থুগাইগে শিনবীরমু।

বীতুর : ( শাওনা হৌগৎলগা ) থুরা ! তান্দ্রবসু ঐ চৎচনি৹ ঐদি নংগী নচানুপা রামশিংগুম্বা ইকাইবা খঙদবা শা অমা নত্তে।

কমল : ইবুংঙা বীতুর। ব্রা মখা তারম্নু। থুনা য়ৌথ্রো। ঐ লোইনা খৎই।

বীতুর : নহানমখৈ খঙনা উনা থাদোকপীরম্লিবা ওইরে। ফরে মখা তাবা করি তৌবা ঙম্বগে হায়বা খঙহনবা তারেদনা।

কমল : নখোয়ঙম্বনা ঐখোয়গা ইভিক ওইদে। কমল ঐসু শিবা কিদবা অচুম্বগী দমক হনবা লৈতবা মীশক অমনি খঙউ।

বীতুর : য়েক্লবা মশিং য়ামহন্নিংদবগী খাংবনি। ফরে ঙসিদি······ ( য়াম্না শাওনা মীৎ খানা য়েংলম্লগা চৎখিবা )

কমল : মীশিংসে উশিংনখিদ্রেদা মীগী মরলনা মরল শাত্নুনা লৈরগা হায়গৎলিবা মঙকসি থুদেকনিংথ্রেদা খঙগনি হন্দক্তি মংক লুচাওসে থেক্কে। ( শোম্নুনা ) ইপাগী রামসিং নংগী থৌনা লিংজেন ইপাদি ওন্থোক্না ইকাইথ্রেদা মতম অমদা ঐনা নংবু ········। ফরে পুন্নমক হৌথ্রবনি তুপীমচা বীনা থৌরাং লোইরো চৎনবা তৌরসি। তোম্বসু লাকখিদ্রেদা ( ইমুং চংখি )

Short Interlude Music.

# অরোইবা উৎপা

**মফম ঃ শ্যামগী য়ুম** **মতম ঃ নুংথিলগী তাল্লক অমা**

[ শান্তি মমিৎ-মমাই ইপোম পোমদুনা লুহোংবগী নুমিৎতা অৱাবা শক্তম্না মাংওইনা লেপ্পুনা লৈ রামসিংহ নুংঙাইতবগী শক্তমনি ]

রামশিং : শান্তি! করিগীনো? নংগী পুন্সি অসি অৱাবনা পোৎলুম ওইরিবা। ঙসি অসিমক নবুংগী খুাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎনি।

শান্তি : করন্না নুংঙাইবা ওইগদৌরিবা তানো?

রাম : ঈচনগী পুন্সিগী অনৌবা লম্বী চপ-চাবা খংলবা, ঙসি অসি ঈচনগীদমক নবুং ঐনা কন্যাদান পীগদবা নুমিৎনিদো।

শান্তি : অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা তামোগী নফমদদি হরাও-তয়াম্না খল্লম্বা য়াই। অদুবু পুন্নমকসি নচনগী থম্মোইদদি·········।

রাম : অদুদি, নবুং রামসিংনা হোৎনরিবা পুম্বা অরেম্বা তারব্রা?

শান্তি : ৱাখল অদুমক অচুম্বগী পান্দমদি নত্তে।

রাম : ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি! পুন্সি অসি ঙকত্রা? অৎক অঙকপা কয়া থেংনখি, নং ঐগী পুন্সি লম্বীদা, অদুবু ঙসিদগী পুন্নমক অদুগী মথক্তা, ঈচনগী বর মশক খঙলদুনা ঐনা মবুং অমা ওইনা ঈচনবু কন্যাদান ফংলগনি খঞ্জবসে কয়াগী মতিক হরাও নুংঙাই।

শান্তি : তামোগী হরাও তয়াম্বা মীকুপ অসিদা, নচনগী থম্মোইদা অৱাবা নুংনাংবগী অচৌবা মমি অমদি তত্তনা তাহল্লি।

রাম : পুন্সি হায়বদু মসিনি······।

শান্তি : পোক্লফম লমদম মনিপুর থাদোক্লুনা কছারদা চৎথগনি খল্লুবদা······।

রাম : মদু পুন্নমক নং নাতোমতগী নত্তে, নুপী ওইবীশিংগী চংনা পথাপনি। অদুবু ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি! মতম থুদিংদা

পোক্লফম লমদম মনিপুরদা নংগী নবুং অনি লৈহৌরি হায়বাস থক কাওগনুকো।

শান্তি ঃ ঐগী অসিগুম্লবা মতমসিদা ঐগী তামোচাদং লাকুনা মচিন মৌপবা কাইনবগী হৈরাও মোমোন মিথোক অতুদং……।

নচনগী থম্মোইসে ওন্থোক্লা পেনথ্রগনিদকো ( কপ্পা কপ্পা )

রাম ঃ ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি! ঙসিদি ঐগী নিংজবা পুম্নমক থুংলে, ঐগী মরুপ শ্যাম, ঈচন শান্তিগী নমাংদা রামসিংনা শিবা, ঐনা পুন্সিগী অরোইবা মীৎকুপ্তা ঈচনগী নতম্বাক্তা শিবা ওমজবা মতুদং ঈশ্বরনা পীনবীসনু……।

শান্তি ঃ ( কপ্পা কপ্পা ) নত্তে, তামো! রাহৈ অদু করিনো? মতুগী অর্থনা করিনো?

রাম ঃ শান্তি ইবুংগী ইবেম্মা! নংগী নবুংগী পুন্সিদি কথোকপনি। ঐগী পুন্সিগী কথোকপগী থৌদাং মপুং ফারে।

সান্তি ঃ ঙসিদগী সমাজগী থারবা মীৎয়েং, পাবুংগী থাজবা, পুম্নমক নোংম-নোংমগী অস্থম অস্থম সনানা মৈনুংদা চংলগা ফজবা লংবা হেনগৎলকপগুম, ঐখোয়গী শেংলবা থম্মোইগী মৈরী ফাওরক্লগান।

রাম ঃ মীওইবা থুদিংমক, নমথাক, মীনম্মা কয়ানা, পুন্সিগী লান-ফমদা মাইয়োক্লে। অদুবু ঐগী ঈচন সান্তি রামাসং অনিগী শেংলবা মচন মবুং ওইবগী চেৎলবা নুংশিগী লিপুন, ঙসিদি মানোক চাওরবা মীরাতবু থাজরবা সমাজসিগী মমাংদা পাওথোংদু ফোংবা ওম্লবা মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা কদাইদগী লৌরুনা।

শান্তি ঃ তামো করগুম্বা নুংঙাইমনথিত্নুনা লাইবক থারবা নচন অমা কছারদা লৈরী হায়বা কাওথোকপীগনুকো।

রাম ঃ চুম্মী! ঐদ ঐগী পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ্তা ঈচন সান্তিগী নতমবাক্তা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ ওইজবা ফংবা মতুদং ঈশ্বরনা পীনবীসনু মতমদুদা ঐগী পেঙ্গগনি।

শান্তি : শেংজরবী শান্তিনা মচন অমা ওইনা মবুং রামসিংগী দমক সেবা ফংজবস্থু ঈশ্বরনা তেংবাংবীসনু ।

রাম : ( নুংঙাইতনা ) ঙসিগী অসিগুম্লবা পুংজাসিদা মরুপ শ্যাম নংদং য়াওরম্লবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইজগবা ।

শান্তি : তামো ঙসিদগী অচুম্বগী মঙালনা মালেমসি ইঙান ঙানবগুম নচনগী থম্মোইদা ফাওরক্লে ।

রাম : ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি ! ( হিক হিক কপ্লকই ) নংনা মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদবদি, মনিপুরদা নঙোন্দগী হেন্না তমথিনা লাইবক থিরবা নবুং অনি লৈহৌরি......... । ( মতাংসিদা শ্যাম চংলক্লুনা লোম্না য়েংই ) ।

শান্তি : ( কপ্পা ) তামো ! তামো মতম চুপ্পা তামোগী শিংঙমদবা লমনসি অত্তুম্বক পুরক্লুনা কছারদা চৎখিবা তারে ।

রাম : ( চংশিন্দুনা পীরাং তৈতোথোকপীরগা ) ইবেম্মা ! নংনা কাও-রোইদবদি চঙিগী নিংথোল চাক্লোবা লাকপদা নবুং অনিগী-দমক্তনি খন্দুনা ব্রারবস্থু নংলবস্থু খুদোল মচা অমমমদং ঙমলকউকো মত্থু য়েংলগা নংগী নবুং অনিগী পুন্সি অসি ঈচন নুংঙাইরি খন্দুনা......... ।

শান্তি : ( কপ্পা ) তামোগী শিংঙমদ্রবা লমনসিবু লাইবক থিরবী নচন্না মপোক মপোক খুদিংদা শিংবা ঙমলরোইকো ।

রাম : শান্তি ! মসিবু মবুং অমা ওইবগী তৌফম থোক্লবা মথৌ নত্তব্রনে । ( মতাংসিদা পীরাংনা থুমহৎলবা মচন মবুং অনিগী শক্তম উরগা শ্যাম কপ্পা কপ্পা য়েংলম্বদগী চংলকঈ )

শ্যাম : রাম ! রামসিং ; মরুপ ! ( অনিমক কপ্লম্বা চপ লেপ্তুনা ঙক্লা )

শান্তি : ( ঙক্লা ) তামোচা...... ( খোঞ্জেল নিক্লা )

রাম : ( ঙক্লা ) মরুপ !

শ্যাম : মরুপ রামসিং ! ঐ নংগী নফমদা য়াম্না লানখ্রে । ঐগী ইরানশিং থক ঙাকপীররোইদ্রা ?

রাম : মরুপ ! ( হায়দুনা নুংশি চান্নবা চংশিন্দুনা কোৱৈ ) লাল্লিবদি ঐনি।

শান্তি : ( চংশিন্দুনা ) তামোচা— !

শ্যাম : মরুপ ! রামসিং ঙসিদি ঐ পেল্লে, মতম অমদা ঐনা খনখিবা পুন্নমক ঐগী দোষ ওইরম্মে।

রাম : মরুপ পুন্সি অসি লীলানি। নং ঐগী লাইবক্তা নোংদম্বনা তমথ্রবনি। মতম পুন্নমক্তা ঐনা রাশকখি। মরুপ অমনা মরুপ অমগী তৌফম থোকপা তৌবা ঙম্বা, মরুপকীদমক মরুপ অমনা থরাইনা পোন্থা ওইবা, মতুমক ঈশ্বরনা পীনবীসনু তেংবাংবীসনু। ঐগী শেংজরবী ঈচন শান্তিনা ঐগী পুন্সিগী অরোইবা মতমদা মতমবাক্তা মোনথাংনবা ঈশ্বরনা তেংবাং-বীসনু।

শ্যাম : করি রানো মরুপ ! ঙসিদগী ঐসু শিরবসু য়ারে পুন্নমক পেল্লে।

শান্তি : ( কপ্পা কপ্পা ) তামোচা—।

শ্যাম : শান্তি ! ঐ নংগী তামো রামসিংগী মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা লানথ্রে ; ঐগুম্বা রাখল খন্তবা ঙমদবা ঐ হিংলুবগী অর্থ থোকত্রে।

রাম : মরুপ, শ্যাম। লানদবা ঙম্বা মীওইনবু লৈবা হৌনরা ঙসিদি থম্মোইগী কিশি কয়া থোক্লদুনা.........।

শ্যাম : মরুপ, ঐ পেল্লে, ঐ পেল্লে মরুপ ; চংশিন্দুনা রামগা কোৱৈ ( মতাংসিদা বীডুর মখুৎতা নোংমৈ পাইদুনা চেনশিল্লকই মতু উরবদা রামসিংনা শ্যামবু নাকন্দা ইন্তোক্লুনা চেনশিল্লী মতুদা বীডুরগী নোংমৈনা রামগী মথবাক্তা পান্দুনা লৈমাইদা তুই, বীডুর নোংমৈ কাপশিল্লম্মগা চেনখি, রাম য়াম্না রানা লৈমাইদা তুরদুনা চৈনা খাংলি )

## ৱাকচীংগী নোং—৭১

রাম: (য়াম্না ৱানা) ইবুংগী ইবেম্মা শান্তি, শান্তি; ঈচনগী নতস্বাক্তা ঐবু মীকুপ অমা পোথাহল্লু।

শান্তি: (চংশিন্দুনা কপ্পা কপ্পা) ঙসি ইবুং অনি উন্নবগী হরাও-ভয়াম্বসিবু তামো; নচনগী থম্মোইদা পীরম্লিবা চৈনাসিবু করিনোনে, তামো (মবুংবু মাগী মতস্বাক্তা হিপহন্দুনা কপ্পা কপ্পা) তামো—।

শ্যাম: মরুপ, রামশিং, নং ঐগী ইরাল ঙাকপীরমদনা চৎলব্রা?

রাম: মরুপ, ঙাকপীবদগী হেনা অতৈ ক—রি লৈ—ব—গে—নে মরুপ—।

মতাংসিদা পোথাবীরসি।



# শশীকুমারগী শান্নবীখ্রবা লীলাশিং ঃ

১ য়েক নুংশিনবা ১৯৬৩

২। বসন্ত রানী ১৯৬৪

৩। পৈশাগী দুনিয়া ১৯৬৬

৪। স্বর্গগী গুলাপ ( সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৬

৫। অহিংসুগী পাউখুম ( সেকেণ্ড বেষ্ট স্ক্রীপ ) ১৯৮৬

৬। বানতেট ( ফেমিলি প্লে ) ১৯৮৬

৭। শকমান্নবী ১৯৮৬

৮। চীংগী ঈচল ( বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৭

৯। তেমগী ইবুং নুংশিবা ( সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৭

১০। ওলাংথাগী লৈবাকলৈ ১০৮৭

১১। থবাইগী তেংথাখোল ( সেকেণ্ড বেষ্ট প্লে ) ১৯৮৯

১২। কৈরেনৌবৈ লক্কনি তামোচা ( বেষ্ট লিরিক্স ) ১৯৮৯

১৩। পীরাংলক্না মোমোন ১৯৯০

১৪। ইজ্জৎ ১৯৯০

১৫। নুপীগী ইজ্জৎ ১৯৯২

১৬। তামোচা ১৯৯৩

১৭। য়োংকী খুজি ১৯৯৩

১৮। বানতেট ( সোসিয়েল প্লে ) ১৯৯৪

১৯। বাকচীংগী নোং ১৯৯৪

২০। ঙসিগী মনিপুর ( ১বা শরুক ) ১৯৯৫

২১। তোর্বান বাংমা ১৯৯৬

* * *

# শশীকুমারগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ

## ■ ড্রামা

১। চীংগী ঈচল  ১৯৯০
২। কৈদৌঙৈ লাকনি তামোচা  ১৯৯২
৩। জজ সাহেব  ১৯৯৫
৪। ঙসিগী মনিপুর ( ১বা শরুক )  ১৯৯৫
৫। য়েৎকী খুজি ( ১বা শরুক )  ১৯৯৫
৬। ঙসিগী মনিপুর ( ২বা শরুক )  ১৯৯৫
৭। মৈরীক্তগী মৈজাও  ১৯৯৬
৮। ৱাকচীংগী নোং  ১৯৯৭
৯। ডাক্তর বাবু  ১৯৯৭
১০। কৈদৌঙৈ লাকনি তামোচা ( অনিশুবা খুংনম )  ১৯৯৭

## ■ উপন্যাস

১। মেরী  ১৯৭৫
২। অমুক্তা উন্নসি  ১৯৭৬

## ■ শৈরেং

১। ইম্ফাল সহর  ১৯৭৫
২। শাবী লাউ-লাউ  ১৯৯৬

* * *